# নরসিংহ

(অরা-ওম্বা)

●

লান তৌবিঙে মতমদদি ঐগী যেক্লবনি হায়না
খনগনি, লান ওম্লবা কান্দা ফাবিবা বন্দিদুবু ঐগী
মকপ্নি খনবা হৌনৈ,

●

নুংশিরবা প্রজা পূম্নমক লৈপাক্কী থবক পুবা কম অচৌবা হাপ্পা কান্দা
কচ কমেন শাগে নাতে অচৌ অশাং মচা খন্দুনা হাপ্লোই মশা মশাদা
ীকচাবা মীদু খন্দুনা হাপকনি। নিংথৌমচা লৈম-শীজ মচা,
বা অমসুং অন্তম অথৌ মচানি থবক অচৌবা তৌগে
গী প্রার্থনা অদু ঐ কবি অমত্তা তাবোই।



●

লাইরেনময়ুম ইবুঙোহল সিংহ বি এল
দরবার মেম্বর

# নরসিংহ

(অবা-ওবা)

লাইরেনময়ুম ইবুঙোহল সিংহ বি. এল.
দরবার মেম্বরনা লেংবা



পোরুক্ষম পব্লিকেসন
পাওনা রোড, ইম্ফাল

# ভূমিকা

নরসিংহ (অৱা-ঙৱা) কৌবা নাটক অসি মখা লোইরে। লাইরিক অসি ইতিহাস নত্তে মরম অদুনা ঐতিহাসিক ঘটনা লাল্লি হায়দুনা হায়বীরোই নীংজে।

শ্রীযুক্ত গম্ভীরসিংহ মহারাজনা লোনাক্লবদা সেনাপতি নরসিংহনা অত্তাং চন্দ্রকীর্তিবু সিংথো হায়গী বারী ঐনা অত্তাং ওইরিঙেদা তাবদগী অমসুং নরবিল লেংঙনবী পাং উক্লবদগী নরসিংহ কৌদুনা লাইরিক অসি লেংগে হায়না ইং শোক ১৯১৭ তগী নীংখি। লাইরিক অসি অৱা-ঙৱা হায়না থোনবসু মাই অদুবু ঐনা নীংখিবা অদুনা নরসিংহ হায়না অদুম্মক থোল্লে।

লাইরিক অসি ঐনা লো কোলেজগী অহানবা (First year class) তম্লিঙেদা ইং শোক ১৯২২ দা ইবনি। লাইরিক অসি ইবদা অফাওবা লেককশিংগী মমি তারমগনি। মদুগীদমক মখোয়দা ধন্যবাদ তৌজে। লাইরিক অসি ইহনবদি ঐগী ইন্দোন ঐনা অত্তাং ওইরিঙেদা বারী নীংখিবা অদুনি।

লাইরিক ইবা লোইরবদা এমঃ এসঃ সিঃ গী দুর্গা পূজাদা ঠিয়েটর অমা তৌগনি হায়দুনা বিষয় খল্লরকপদা ঐগী লাইরিক অসি ঐনা মণিপুরেশ্বর মহারাজ শ্রীযুৎ স্যার চূড়াচান্দ সিংহ কেঃ সিঃ এসঃ আইঃ, সিঃ বিঃ ইঃ দা কংশিল্লি। শ্রীযুৎনা মকোক্তগী লোইবা ফাওবা অনীরক অহল্লক পাবীরগা শ্রীযুৎ থাবলসিংহ পণ্ডিত অচৌবা অমসুং শ্রীযুৎ পীতাম্বরসিংহ পুন্নম্না দরবার মেম্বরদা থৌদোক্কী মরমদা আরান অহৈ মীলোক চঙলকদবা পুন্নমক য়েংউ হায়দুনা পীথোকই। অহনশিংনা বাহে খরসু তাকপী। মদুগী মতুং ইন্না লৌথোকচে অমসুং হাপচিল্লে। মখোয় অসিনা করে হায়দুনা হঙখ্রেগনা লীলা অসি ইং শোক ১৯২৫ গী সেপটেম্বরগী তাং ৩০ গী নুমিদাং পুং ৮ তাবদা সাকোনুংদা শাল্লখি। লীলা অসি তম্লিঙেদা শ্রীযুক্ত চিংঙাখম ময়ুরধ্বজ সিংহ, চৈরাপ মেম্বর অমসুং শ্রীযুক্ত ধনচন্দ্র সিংহ, পুলিস ইনপেক্টরনা বাহে মাতা নুংঙাইতবা পুন্নমক

লেমদোকপি। মথক্তা হায়রজরিবা অতোবা পুম্নমক অসিবু ঐনা ধন্যবাদ তৌজে।

লাইরিক অসি মতুংদো মণিপুরগী মফম অয়াম্বদা মরু ওইনা মৈতে ড্রামাটিক ইউনিয়নদা কয়াম্রক হয়া শাজবীরে। লাইরিক অসিবু শাম্নবা য়াগনি হায়না খনবীদুনা শামবীরবশিংবু মনীং নাইদনা ধন্যবাদ তৌজে।

লাইরিক অসি ফরে লৈপাক্তা উৎপা য়ারে হায়দুনা ছাপা তৌজবা নত্তে। মৈতে মচাশিংনো বিঃ এঃ দা মৈতেরোন ভারনাকুলার ওমলদুনা য়াম্না থেন ওইরে হায়নবগীদমক মৈতেরোন অসি বিঃ এঃ দা রিকোগনাইজ তৌবীনবা হোৎনবদা মৈতেগী ওরিজিনেল ক্রিয়েটিভ বুক মঙা অমা তরা অমা লৈরগা খনবীগনি হায়বদগী মফম ইখাঙ শঙহৌদনা মমাঙঙৈদা ইখিবদগী অমুক হন্না পাহৌদুনা দেশকী অমসুং বিঃ এঃ ছাত্রশিংগী করিগুম্বা উপকার থরদং তৌবা য়াগদ্রা হায়দুনা ছাপা নমজবনি।

লাইরিক অসিবু বিঃ এঃ দা তম্বীরবসু তম্বীব্রবসু মৈতে মচাশিংনো পাবীরবসু পাবীব্রবসু মৈতেরোন্না বিঃ এঃ দা ভারনাকুলার ওইবা নুমিত্তা ঐগী উদ্যম মহৈ য়ারে খঙগনি। ঐগী দোষ পুম্নমক ভাকপিগনি নীংজে

মেরাগী ২১ নি পানবা                                        লাইরেনময়ুম ইবুংহোহল সিংহ
মণিপুরাব্দ ১১৫৩

# প্রস্তাবনা

[আতা]

পূর্ণিমাগী থাদুনা থৌগল্লিবী ইমা থৌরি।
লোংলা লাংলোং ওইহ্রিবী, খুত্তা থাজনাং পাম্রিবী।
ওজা লিংজেলনা চিংবা, মেত্রাশিংবু মাতহন্নিবী,
লানকনবী মথেম্না ওইহ্রিবী, খুংকেন পাজেল পীবিরিবী।
ভক্তি চন্দন থিককরবা, কচরি খংগোর খবাল,
খুংকেন পাজেল পীনবিবা নিজরী কীপাও শানা।

* মস্তাওবা খুদম অসি পোক্লফম পত্রিকেসন্না মায়রোং রাবিন্দ্রনা ময়ামগী খুদোংচানবা ফোগুবা ওমজরে। মদুগীদমক্ত ঐনা পোক্লফম পত্রিকেসনগী প্রোপ্রাইটরবু মপীং নাইদনা থাগৎচরি অমসুং নমন শিংবা ওমরেহিদবা মতেং পীবিরগীদমক ঈশ্বরদা প্রোপ্রাইটরগীদমক প্রার্থনা তৌজরি।

লৈখিপ্রবা লেখকী মচানুপা
লাইরেনমযুম হেমাজ সিংহ
মোইরাংখোম টিংগাখম লৈরব

---

6th Edition গী কবেম থোকপা পূরমক পত্রিকেসনগীনি।

## প্রথম অঙ্ক

### প্রথম দৃশ্য— কা মচা

[মতম ঃ নুমিদাংবাইরম পুং ও তাবা মতম, নরসিংহ চেত্তুনা লৈবা]

নরসিংহ— (স্বঃগত) বিষ্ণু বিষ্ণু (হৌগত্তুনা থদাংদা খুৎ শৌদুনা ফম্বা মৈতৈ লৈবাক মাতৃভূমি মণিপুর, ঙসিদি ওম্ব্রোকপা মঙ উইদা। অরাপী হয়েং যুবরাজনা অরা তেঙ্গোল থাবক্তুনা মৈতৈ লৈবাক চাইথাইরে হায়রসু তারে। লৈপাক অসিদা মৈতৈ শৈয়োম শৈয়োম চেন্নকপসু উরে। ঙসিদি মঙদা অরা অমনা মৈতৈ চনী চহম্ব মনাদা য়াইরীনা লেংলদুনা শা-ষণ হোইবঙম হোইবা উরম্মিদা। (হৌগত্তুনা) অচ্চা, লাকচেদা। নর ঐহাক লৈরিঙেদা, মৈতৈ প্রজানা অসুক য়াম্না বাথ্রবনিদকো। পিতামহ বাভ্রুবাহন। ইবুধৌ ইবুংঙো পাখংবা। উবীত্রবোইকো তৌরিবসে। লাই কোটি কুম্ভাহমদোইবু ঙমক্রবা অমসুং মরোল তরামবিবু জয় তৌরক্রবা ইবুধৌ আর্জ্জুনসু ইবুধৌ বাভ্রুবাহনগী খুৎতা মায়থীব্রবনি। অদুঙম্বা অকনবা বংসদা পোক্লিবনিকো ঐ'সে, অদুঙম্বা লৈবাকী নিংথৌমচানিকো ঐ অসে। অসি য়ৌনা কনবা

জাহক্তা পোক্লগা করিসু লৈরবা খিংশী অবানা মৈতৈবু খুদুম চন্দুনা ওথনা লৈনা পানরবদা, ঐনা সংসার অসিদা লিপ্ত ওইদুনা নুপীগী অভাংগী মশক য়েংদুনা লৈরিবসি চুম্মিরা ? চুমদ্রে, ওসিদগী ঐহাক ইতু ইচা নুংশিরব্রোইদ্রে; মণিপুর উদ্ধার হেক তৌত্রিবমখৈ ত্যাগী ওইদুনা থবক পাঙলবা হোৎনরগে ?

অবা নিংথৌ, ওহোক্লা উশিন্বেদা। নরসিংহনচিংবা মৈতৈ নিংথৌ মচা লমন খুম্বা ভম্বা লৈরি হায়বসি নঙ খঙব্রা ? হৌগংলু মৈতৈ অপুম্বা তুমদুনা লৈরিবা করিগীনো ? নঙগী স্বজাতিবু অবাদা অসি য়ৌনা ওৎলবদা নখোয়না য়েংদুনা লৈরিবসিবু করিগীনো ? কাম্বাড়সিবু নিংথৌমচা অকনবা, মাতৃভূমি মণিপুরগীদমক্তা কন্না থক লৈরব্রা ? লৈরবদি লাও, নর ঐগা তিন্নসি নর ঐদি নিংথৌ ওইংগে হায়দুনা তৌবা নত্তে। মাতৃভূমি মণিপুর অসি, বিদেশকী মখুত্তগী অমুক্তং উদ্ধার তৌবা হায়বসিদনি। অদুনা (পদ্মাবতীনা কপ্না কপ্না চঙলকপা) হিঃ করিনো অতো। নহাক্লা হুজিকপু কপ্তুনা চঙলক্লপদে। ঐসু পুক্নীং অসি য়াম্না বারিদা। জগৎ সংসার অসিদা, নিপাগী অবাববু নুপীদা তমদুনা, নুপীগী অবাববু নিপাদা তমদুনা অবাবা পোথানরিবনিদো। নিপানা বারবা কান্দা নুপীগী মোমোন নোকপা মায়থোং অদু য়েংলগা অবাবা কোক্লে। হুজিক ঐনা মাতৃভূমি ইমা ইবেম্মা মণিপুরগীদমক বারিঙৈ অসিদা নহাক্লা কপ্তুনা চঙলকপদি করিগী বাবগে ইবেম্মা ? ঐনা বারিবা অসিগীদমক বাদুনা নুপী ওইবীগী হৌনবী উৎলিব্রা ? অদু নথব্রগা অনৌবা অবাবা পাউ অমা পুরক্তুনা ঐগী অবাবা শরুক হেনগৎহনগদৌরিব্রা হায়রবু তাগে।

পদ্মাবতী— ওহোকপনি, স্বথ্যা ইবুংঙো। অবালান চেন্নকপদা ননাই ঐগী ইবুংনো পোকচবা অঙাং অমা মমাগী মথাদগী মুন্দুনা নুংপাক্তা হাইহক্তুনা হাংখবে হায়রে। ইমা অশোনবীসু মফম খঙদ্রে হায়।

নর— হেঃ অদুগী ওইরবদি, তানীংদে পেম্মা। তুমিন লৈয়ু।

পদ্মা— করি বানো ইবুংঙো। ইমা হায়বসিদি, মীওইবগী লুপ্রবা পোখনি। ওহোকপা মনা য়াথংবু তাকপীদা।

নর— ওহ্রোকপনিদা। নঙগী মমাগুম্না মী কয়াগী মমা; নঙগী মমাগুম্না মী কয়াগী মমা; অমনা হাংজ্রবনি। মাতৃভূমি লৈপাক্কী বারিভেদা ঐদি ঐগী মনাইগী বানবা মতম লৈতে। নঙসু ঐগী সহধর্মিনীনি অদুনা হৌজিক নঙাইগী থাবা মতম নত্তে। ঐহাক অমা থেংনমবা উদ্দেশ্য তৌগে, নহাক্না অন্তঃপুরগী ভার পুম্নমক ওসিদগী লৌরো।

পদ্মা— চুমই মাখ্যা ইবুংঙো। মবা মপুরোইবা হায়বসি নুপী ওইবী ঐথোয়গী লাইনি, গুরুনি হায়রি। মরম অসিনা ওসি হায়বা নুমীতগী মা মাথং তাকপীবা পুম্নমক শোয়দনা ননাই ঐনা হোৎনজগনি।

নব— (স্বগত) ঐনা নীংবা থুংলে, ঐহাক্কী নুপী অসি ঐগী সত্যপালনু তৌবদা, তুংইনবা ওমগত্রা হায়বা নীংলে। নহান ঐনা লৈংওন্দবী পাৎ, বাশকুনা, "অমুক্তং মণিপুর মা লৈপাক উদ্ধার তৌগে" হায়না শীংপা নুমিত্তা, য়াম্বুং গম্ভীরসিংহগা বাহেংজানা থোংবা চাক চাকলুক অমত্তদা ইচিল ইনাও চামিন্নখিবা, যাম্বুংগী খুৎনা ইনবা চাক চথোম চথোম চাখিবা, অদুদগী য়াম্বুং ইচিল ইনাও মাতৃভূমি মা লৈপাক উদ্ধাব তৌসি হায়দুনা ক্ষেত্রী মচাগী হৌনবী থাঙ চীক্লদুনা বাশকক্রবনি অদুগা য়াম্বুং ইবুংঙোদা থবায় কৎত্রবনি অদুনা ওসিমক যাম্বুংগী মা নাক তাম্না চৎলগে। ওসিদগী ঐহাক নীংবা থুংহ্রিবমখে ত্যাগী ওইরগে। হন্দক্তি অবা শোক্লরগেদো, নুমিৎ, থা, ইবুধৌ পাখংবনা সাক্ষী ওইবসনু ঐহাক হনবা তৌররোই থবক পাঙবা নৎত্রগা থবায় থাবা অসিনা ঐগী মূল উদ্দেশ্য ওইরগে। (নরসিংহ থোকখিবা)

[পদ্মাবতীনা ঈশৈ শকপা—একতালা]

থৌজানবীয়ু মনাইবু হা গোবিন্দা ইবুংঙো,
অম্বাবগী ঈপাক্তা তাদুনা লৈরে মনাইদি।
অবাবা তাববা খুদিংদা ইবুংঙো নঙনা কনবিবদাই
হন্দক্কী অবাবা অসে কোকশিন্নুগবা ইবুংঙো,

মণিপুর মা লৈপাক্কা, তমথীরবা অবাসা ওংথাদা ,
জাতি ধর্ম কায়থবু ইবুংঙো নত্তনা কনবীয়ু।
তমথীরবা অহাণী প্রতাপনা, থৈথরবা পুককেৎলা
হাপকথপিয়ু খৌনাবু মতম লৈবা খিবিক্কা
ননাই তোল্লবনা অবা শুমগে থাশকপা
ইবুংঙো নঙগী কৃপানা খুংহনবীনবা নিজরি।

## দ্বিতীয় দৃশ্য— লৈকোন

[নুমিদাংবাই নোংজাবী থোক্লকপা মতম]

হেমাবতী— (স্বঃগত) হা গোবিন্দ ইবুংঙো। থাগ্রেদা ননাই ঐগী থবায়সে; ননাইগী নীংবা অসি করম্বা মতমদা খুংগবা। ননাই তোল্লবীনা মীরোন খগুলকপদগী ইবুংঙোগী চরণবু কাউজরক্লিবনি। ননাইগী থম্মোয়দা থাম্লিবসে ইবুংঙো নঙদি উবীরিনিকো। ইবুংঙো নঙগী থৌজাল নত্তনা ননাইগী নীংবা অসি খুংহনবীগদবা কনা লৈবগে? হা গোবিন্দ ইবুংঙো। ইবুংঙো নঙদি তোল্লবী পাঙল লৈরবীগী মবুংঙোনি, ননাইনা নীংবা খুংহনবীয়ু। হা বিধি ঐগী ইরাইবক্তা করি তম্লিবগে?

[ঈশৈ— ঝাড়া]

খগুজদরে মীগী পুক্লীং থাখরেদা থবায় অসে।
করি নোংদম তথীরিবা, তোল্লবীগী লাইরক্তা।
প্রতাপকী পুক্লীং ফংজগে, পীনবীয়ু নোংদম্বা,
লাখচরিবনি থম্মোয় মনুংদা, কখচম্লবনি থবায় অসে

ইবেম্মা শকাংদা লেংশিল্লসি।

হেমা— ইচে! চৎকদ্রে, ঐসু লাক্লগনি। (মাধবী প্রস্থান)

(চন্দ্রহাস চংলকপা)

চন্দ্রহাস—ঙসিদি য়াম্না মতা চানা থেকনরেদা, অসুক ফুইথা অসি মীগী মচিন্দগীদা ঙ্গা তাদুনা নুংঙাইবা অমত্তা হেক লৈরমদ্রে; ঙসিদি ইশাখক্তা হায়দুনা অওইবা পরীক্ষা য়েংজুগে। হৌজিক কহ্লার অসিদা ঐ নত্তনা মতীকচাবা মীবু কনা লৈখনোদা ইকায়দুনা অদুক মতৌজরিবনি। ঐনা শারিবা বলাল অসিনা কায়দুনা থম্মোয়গী মৈ অসি প্রেমগী অমৃতনা মুথপ্না হায়ববু অয়াকপা বাহেগী থাউ হৈদুনা চাকথংপা থোক্লবদি। অদু মডায়রে, (প্রকাশ্য) ইবেম্মা ননাইশিংগী মবা তাবদগী অচাকপা মৈদা থী হৈবগুম চক্লক্লিবা থবায় অসি মা য়াথং প্রেমগী অমৃত থীকপিদুনা ননাইগী অচাকপা মৈ অসি অমুক্তা মুথপিয়ুগবা মাহল।

হেমা— চন্দ্রহাস। পণ্ডিতদকো নত্ত অসে। ঐনা কয়ারক হায়গ্রে; ঐগীদমক নঙনা অরেম্বদা থাদুনা নপুক্তি মরেং তানবনি। পাবুং মাখ্যানা মতম লৈবা খিবিক্তা শা-লানগী থাদা ঙানেবা তাবদগী ঐগী থম্মোয় অসি নুংদগী হেন্না কনগ্রে। প্রেম হায়বা অদু ঙসি ফাওবদা ঐগী থম্মোয়দা মরু থম্রি। অদুনা অরেম্বনি চন্দ্রহাস। নুংদা ঈশিং চাইদুনা পেৎপা হৌনদে।

চন্দ্র— করি থানো ইবেম্মা। থোৎনা নৌনা মোমোন নোক্লা শাথলিবা থম্বালদা লৈহী লৈত্তে হায়বসি, ঐগীদি ময়াজরগে লৈপাক্লবু য়ারোইনে। ইবেম্মগী প্রেমগী ঈচেল অদুনা তুংনফম ওইরিবদি কনানো? ঈচেল থৈবা ঙমদবা থোক্লগা প্রেমগী আধার অদু প্রেম হাপ্পা য়াদনবা হোৎনগনি।

হেমা— পুকচেল যত্তবা মীনা, মীনা হায়বা থাজদে। মীগী মবা থাজদবা মীদা থাজনবা ঙাওবসু হৈজদে। চৎলো চন্দ্রহাস। নঙগা ঐগতা বা ঙাঙনবা অসি চুমদবা থবক্তি। নঙসু থায়নগী নিপামচা অদু নথত্রে, ঐসু অঙাঙ নৎত্রে। চৎলো চৎলো নঙগা ঐগা বা ঙাঙনবা অসি ঙসি ঙাঙনবা অসিনা লোইরবনি। মতুংদা ঐজোন্দা বা হায়গে নীংজকপদা ইকায়বা লঙজগে হোৎনবনি থক্লৌ।

চন্দ্র— ইবেম্মা! মীওইবগী হৃহনা থনবগী পংথে লৈবনি; ঐবু পংথে অদুগী মপান

থোকহনগনু। কনাসু লৈত্রিগে অসিদা, ইবেম্মবু ঐনা হৌজিক কাদুনা হুন্ত্রোমদা পুবদা কমানদি কন্নগনি ?

হেমা— নতীক করি নৈ, নঙনা ঐবু যাগদবদি ?

চন্দ্র— ইতীক নৈ নৈঙ্গে খঙজুকো অদুদে (কাগে তৌবা)

(প্রতাপ চঙলকপা)

প্রতাপ— ভাইখো, ভাইখো, চন্দ্রহাস। (হেমারোমদা ওনশিন্দুনা) লেঙশিন্নো। (হেমা চঙখিবা) চন্দ্রহাস নহাক অদুম তৌবা হৌনব্বরা ? ঐনা গুসাইন্দগী লোম্না তারকপবু নঙদি শাগী লমচৎ চৎলিনা; ইকায়দরা ?

চন্দ্র— করি প্রতাপ। নঙনসু অচাকপা মৈদা ঘী হৈরন্নিব্রা ? করে, গুসিদি প্রতাপ নঙগী নথবাকী ঈনা ঐগী থম্মোয়দা চাক্লিবা মৈ অসি মুত্থনগেদো, ঐগী লম্বীগী য়েক্ক-তিংখং কোকহনগে।

প্রতাপ— য়েক্ক-তিংখং কোকহনগে হায়বদি করি বানো ? মজা ইবেম্মগী মরমদরা ?

চন্দ্র— নঙনা হংলকইবা ৱাহং অদুনা, ঐনা নহানমথে পুক্কীংদা চিংনদুনা অচুম চুমদা থিরকপদো থাঙ্গৈশেংনা খঙলে। মজা ইবেম্মবু নুংশিবা মী অনী লৈবা য়াদে, নঙনা লৈহৌবা নৎত্রগা ঐনা লৈহৌবা, লৈগদবা অমত্তনি। থাঙ পায়য়ু।

প্রতাপ— থাঙ পায়য়ু হায়বদি য়ান্নসি হায়রিবরা। অদু ওইরবদি মফম চাদে, খোইরেন পাবদা হোরেন সন্ধ্যাদা উনসি। মণিপুর উদ্ধার তৌসি হায়দুনা হোৎনরিঙে মতমদা ঐখোয় অনীগী মরক্তা অমা মাঙবসু ফত্তে, অদুমকপু খল্লুখো।

চন্দ্র— যৈ হোরেন উনসি। (থোকখিবা)

প্রতাপ— (স্বগত) প্রেম। চাউইদা নগুণ অসে। ইলায় লায়না মীওইববু শাগী লমচৎ চৎহন্নি। মীওইববু ভাইহাক্কী অমুক স্বর্গগী নন্দন কানন্দা কোয়হন্নি; ভাইহাক অমুক নরকী কুণ্ডদা হুন্দুনা থন্মী। প্রেমগী মরীদগী ভাওদুনা চন্দ্রহাসনা শা ওইরিবনিসে; ঐগী অবস্থানা করি থোক্লগবা ? মজা ইবেম্মগী শকফম অসি থম্মোয়দগী মুথৎপাদি ওমল্লে। প্রতাপ। ভাইখো নঙগী হৌজিক মদু থম্নবা মতম লৈত্রি। (প্রতাপ থোকখিবা)

## তৃতীয় দৃশ্য— কক্ষ । অমুক

[শ্রীযুক্ত চৌরজীৎ, মারজীৎ মহারাজ মতিন মনাও অনী]

মারজীৎ— য়াম্বুং ইবুংঙো। ননাইদ্ ঐনা হনক্তরিবদি, ঐখোয়গী মাতৃভূমিগীদমক্তনি। ননাইদ্ ঐনা অবা যুবরাজগা তাঙনবা বা শোয়রন্বদগী, অবানা মণিপুর জয় তৌগ্রে। অবাগী মীনদি য়াম্বনিনা ইথক্তনা হোৎনজবা অসিনদি মণিপুর উদ্ধার তৌবা ঙমগনি হায়রবা নীংজদে। য়াম্বুংনা অহান্নি, য়াম্বুংগী ম্না য়াথং অমতং তাজগে হায়না ঙাইজরি।

চৌরজীৎ— ইবুংঙো। ইয়াম্বনি, মণিপুরসি কসম তৌনা অমুক্তং উদ্ধার তৌসিগে খল্লম্বা। অদুবু অহল ওইরকপা অসিনা উদ্ধার তৌবা ঙমগনি নীংদ্রে। হৌজিক্তি ইয়াম্বগী মতম খরদং লৈরিবসি কৃষ্ণ সেবাদা লেনহন্নগে হায়না নীংলে। গম্ভীরসিংহগা ইনাও ইবুংঙোগা অনীনা, ইয়াম্বনা মণিপুর জয় তৌদুনা অবা মস্তক কক্কগা ইয়াম্বগী "বজ্রসিং" থাঙশাং অসি নিংথি ভুরেন্দা চামগে হায়না বাশকখিবদু অমুক্তা থুংহল্লু।

মারজীৎ— য়াম্বুং ইবুংঙো। অমুক্তং ম্না পুক্নীং খনবীখো। ননাইদ্ ঐখোয়না হোৎনজরিবা অসি শ্রীযুৎ তোংবীরি হায়রবগী হোৎনজরিবনি। শ্রীযুৎনা য়াওদ্রবদি থবক অসি পাঙথোকপা ঙমগনি নীংদ্রে। মণিপুরনা কিরক খুমজ্রিবসি ননাইদ্ ঐগী দোষতগী তৌগ্রিবনি। শ্রীযুৎনা অমুক্তং হোৎনবীদ্রবদি ননাইগী মিচেং থীবা অসিদি তুং ফাওবা কোকহৌরক্রোই।

চৌরজীৎ— ইবুংঙো। নহাক্কী দোষতগী নত্তে, ইয়াম্বগী অয়ানবনি। ইয়াম্বগী ফজদ্রবা পুক্তচেল অসি নিংথৌ ওইনীংবগী য়াথমা কুপথিদুনা ইহিল ইনাও বাশক্নিরো ইয়াম্বনা ফারখরে। ঐগী দোষতগী মণিপুর প্রজানা অসি য়ৌনা বাক্রিবনি। ইয়াম্বনি মণিগী দোষ অসি কোক্কবা নীংলগে।

মারজীৎ— য়াম্বুং ইবুংঙো তৌবীগনু। য়াম্বুংনা নিংথৌ ওইরগা ননাই ঐনা যুবরাজ, ইনাও গম্ভীরসিংহনা সেনাপতি ওইদুনা মণিপুরদা অমুক্তা পানগো নীংজরিবা অসি যায়হনবীগনু। শ্রীযুৎনা য়াম্বীরবদি, ননাই ঐনা শ্রীযুৎকী বাপক অসি, থুংহনবা শুমগনি নীংজরে।

চৌরজীৎ— ইবুংঙো। ইয়াম্বগী বাপক থুংহনগে থুংহল্লোই নত্তিনা ননাওদা লৈরে। ইয়াম্বদি নিংথৌ ওইগে হায়বা আশা লৈত্রে। ইয়াম্বা শ্রীধাম নবদ্বীপতা চত্তুনা পাম্বুং য়াখালা লিংখৎলম্বা অমুগী সেবা তৌরম্লগে হায়না নীংলিবসি কায়হল্লগনু।

(গম্ভীরসিংহ— নরসিং তুং ইন্দুনা চত্তুলকপা)

মারজীৎ— ইনাওসু তাবীয়ু; য়াম্বুং ইবুংঙোদি হন্দক্কী মণিপুর উদ্ধার তৌবসি য়া খোঙ লেত্তলরোই তাকপীরে। য়াম্বুংনা লেত্তবীরবদি শুমগনি হায়বা থাজত্রে। অদুনা মণিপুর উদ্ধার তৌবা অসি ইনাওতোল্লা হোৎনহৌবা তারে। ঐদি য়াম্বুংগী থৌগল নবদ্বীপ কাওবা তৌরল্লগা, শ্রীধাম ক্ষেত্রদা চত্তুনা বাস তৌব্রগে।

গম্ভীর— য়াম্বুং ইবুংঙোনা হায়রিবা অসি তৌবীগনু। ননাই ঐগী ঈতীল্লা মণিপুর উদ্ধার তৌবসি শুমগনি নীংজদে। শ্রীযুৎ অনীনা লেত্তলগা ননাই ঐনা থৌগল তৌজগে।

চৌরজীৎ— হায়নু ইবুংঙো। ইনাওনা নীংলবদি, ইলায় লায়না শুমগনি। কোম্পানি বাহাদুরগী সাহেবশিংগসু ইনাওদি য়াম্না খঙনরি। মখোয়বু সাহায্য তৌহল্লবদি ইলায় লায়না শুমগনি।

গম্ভীর— তৌবীগনু য়াম্বুং ইবুংঙো। হন্দক্কী অসি য়াওবীয়ুদা, ময়েক্কী থিনরল্লবদি, হন্দক্কী অসিদি য়াম্বুং অনীনা য়াম্না কল্লা হোৎনবীগদবনি। য়াম্বুং অনীদগী অবানা লৌথিবা ওইরবোইনা অজা।

মারজীৎ— ইনাওতোন। চুম্লগী বানা য়াওসি লৌসি হায়না শাঙনসি। মদুন্না মমাঙঙৈগী বা হৌদোক্লবদি বা কায়নরক্লনি।

গম্ভীর— ননাই ঐনা হায়রিবসি থোইনা লানবা য়াওদেনা, মণিপুরবু অবানা খুদুম

পণ্ডীত— চাইংখো চাইংখো য়ুম য়ৌরখো; অনুক উনশিসি।

নর— অজ্ঞা। (নরসিংহ থোকখিবা)

পণ্ডীত— নর হায়রবা ঐগী ইনাও অসিদি মরিল চুনা থোংদা, মনি য়াম্বুংতোনগী মী ওইরমনিসে। য়াম্বুংনো ইনাওজোন হায়রসে, নর নর হায় হায়দুনা শাওদুনা লাকপনিসে। শ্রীগোবিন্দনা মণিপুর লেঙখোক্কীরক্লদুনা ঐগী ইতেং পাংলবা হায়দুনা মরিলচুবা অথৌবা নিংথৌ মচা অমা পীনবিরিবা ওইরে। শ্রীগোবিন্দ ইবুংঙো ননাইগী নীংবা কায়হনবীগনুবো।

## চতুর্থ দৃশ্য— লম্বী

[অহিং পুং ৮ তারা মতম]

কুমুদ— ইস মমখ্রেদা। ওহোকপনিদা। মৈতৈ নিংথৌনা পাল্লিওদদি লম অসি মতম অসিদা ইবাও লাওনা মী চথলিবনিকো। হা ইবুংঙো চিংথংখোম্বা! নচা হাক্তক্তা মৈতৈ লৈবাক মাও তাকউ হায়না তমথ্রবোইদো, ইবুংঙো নঙনা শেমগৎলম্বা মণিপুর অসি মাঙলেদকো। মজা ইবুংঙোশিং পুন্নমকসু কাছাড়দা লৈখিদুনা মৈতৈনা বারিবা অসি য়েংবীদ্রে। মৈতৈবুদি লিশীং লিশীং মমীং কোথোক, মথুৎ কজুনা অবানা লাক্লরিবা। অঙাং কয়া মমাগী মখাদগী মুন্দুনা নুংপাক্তা হাইহক্তুনা হাৎলিবা। অশোল-অনা কয়াবু ইমুংদা হোইজিন্দুনা থোঙ লোল্লগা মনুংদা মোয়োক থাদুনা লাক্লরিবা। হাই! হাই!! মৈতৈনা অসি যৌনা যারবদা নিংথৌমচাশিংনা কাছাড়দা নুংঙাইনা লৈখোকতুনা মৈতৈবু অরাবা কোকবা হোৎনবীদ্রিবসিবু করিগীনো? হা গোবিন্দ ইবুংঙো। করম্বা নুমিৎ থাদা মৈতৈগী অরাবসিবু কোক্লগবা। নরসিংহ কৌবা নিংথৌমচা অমা মণিপুরগী অবস্থা য়েংগে হায়দুনা লাকই হায়। ইবুংঙো মহাক্তা উম্নরবদি, ঐগী থরায় অসি মঙোম্দা কথলগে, অদুগা

ঐগী অমা ঙম্নবা লৌশিং পুম্নমকসি লোইনা হায়রগে।

(অবা চৌকিদার অনী চঙলকপা)

১বা চৌকিদার— এঃ ঙসিদি মচা পোবী মৌমহা অমা, মরা ওইরমগ্রে নিপা অমগী মতুং ইন্দুনা লাকইনে-হাই। অদুদা ঐনা তাপ হেক চোংশিন্দুনা মচা অদু মথাদগী মুম্নগা হাইহত্তুনা খোঙপাক্লা চরেৎ চবেৎ হেক্তা নেৎপা— শিরমাগ্রে, তুমিন লৈগ্রেনে-হাই; মহাদুবু ঐনা থমকম মতেক অমতং তৌথবা, অদুদা মানা মনীং তেকথোক্লুমা চেনখিবদুদি। হাঃ হাঃ মৈতেসিদি লাইমা পাঙখিগ্রেদা।

২বা চৌ— মতৃদুদি মতুদুদি?

১বা চৌ— হায়বু হায়নীংদে ভাই, মতুদুবু ঐনা তাপ হেক পায়বা ডাকুগী মখুত্তগী ডকাতীনা মুনবা হায়বদু ওইগ্রে; কদোমদগীনো? অবা সিফাই ৫/৬ পাইশিল্লতুনা অদুম্মক মুন্দুনা পুবীগ্রে।

২বা চৌ— বাঃ নহাক্লা অঙাং হাৎপা, মবাবুসু তাম্বোকপা, নুংঙাইদা বাপু! লাও কোনগেনে নঙসিদি কল্লিদা। নুপী অঙাংদদি নঙমুক থৌনা ফবা য়াওদে হাই অবা সিফাইনা মুনথি হায়বদুদি নুংঙাইত্তে হাই।

(তুমিন লেপ্তুনা কুমুদ লৈবা উরদুনা)

১বা চৌ— কনানো? কত্তেরা, করিনো অমা তুমিন লেপ্লিনহাই, কনানো?

২বা চৌ— ফাদুম ফাওদা।

কুমুদ— ফাওনা, দোলাই তোংলে চাক চাবদা য়েঙ্খাং য়াওরে।

১বা চৌ— মসিদি অঙাওবনিনা।

২বা চৌ— তুমগা তুম্নীংবসিদা ফনা ফরে। মাবু লঙনদুনা লৈবা হায়বদুঙাহবে।

১বা চৌ— হাই অঙাওবা।

কুমুদ— স্বর্গদা হিংচাবা কুম্রে, লাইয়াম কায়নদুনা চেগ্রে; লাই লান তৌরে, তৌবে।

১বা চৌ— করিনো অঙাওবসিবো, নয়ুম কদায়দনো হায়বনি?

কুমুদ— তু তু কৈ মথক্তা শক্তি অমা তোংলে।

১বা চৌ— মসিদি সুন্দা তাউগ্রেনা, হে অঙাওবা! অঙাওবনিদা চৎচগ্রসনু।

(অমা সিফাই ২ চঙলকপা)

তু তু মখোয়সিনিদো, অসাই ঐঙোন্দগী নুপী মুনখি হায়বদো।

২বা চৌ— তাদখোই অসাই নখোয়না পুখিবা মাল অদুদি কমদৌগ্রে ?

১মা সিপাই— মখোয়গী মৈতে নুপীসিদি মতা অমনি ভাইঁয়া। ঐখোয় চাক চাবিঙেদা, য়ুম অমগী মনুংদা শো লোন্দুনা থনমই। চাক চাবা লোইবগা য়েংঙৈবদা শিদুনা লৈরম্রে অদুগা মনাক্তা লিক্লি অমগা থাঙ মচা অমগা লৈবমই।

২বা চৌ—হোইনে, মখোয়গী মৈতে নুপীসিদি অদুম ঙাক্তা তৌইনে, নহালসু নুপী অমনা ঐখোয়গী সিফাই অমা ছুরিনা থিন্দুনা হাৎলগা মহাকসু মথন্নতা শিজখি।

২ বা সি— মখোযগী মৈতে নুপী হায়বমখে, অসুপ্পা ঙাক্তা তৌবোইবে, কিখবেদা।

(কুমুদ নত্তবা পুন্নমক থোকখিবা)

কুমুদ— (স্বঃগত) ঐনা ঙসি ঙাওশিন্নবমদ্রবদি, ঐনা নীংবা আশা পুন্নমকসু কাযরমগনি, অদুগা মখোয়না ঙাঙনরিবা বা পুন্নমক অসিসু তাদনা ইথবায থাবমগনি। (প্রকাশ্য) নুংঙাইদা। ধন্যনিদা মৈতে নুপী। নখোয পুন্নমক সতী ধর্ম্ম ঙাক্লবগীদমক নথবায় থাবা পাম্মুদে হাযবসিদি, ওহোক্লা নুংঙাইরেদা। শিয়ু, কবি দাই লৈবগে অমুক পোক্লগা অমুক শোযদনা শিগদবা লৈ। জীবাত্মাদি মাঙবা লৈতে, পবমাত্মা জীবাত্মাগা খেন্নহল্লিবা— মঙগী পঞ্চভূতনা শাবা হকচাংবু পবিত্র সতী ধর্ম্ম ঙাক্লবগীদমক থাদোকপা— পাম্মুদে হায়বা তাবদা যান্না নুংঙাইবে। শিয়ু, অযবা থবক্তীদমক থবায থাবদি মাঙবা লৈতে। শিবা হায়বসিদি য়ুম অমনবদগী অহনবদা হোংদোকপগুম্বদনি। পাকা ওইবিবা ঐখোয়গী জীব অসিদি মাঙবা লৈতে, কাচা ওইবিবা ঐখোয়গী পঞ্চভূতনা শাববা দেহে অসিতনি শিবগা মাঙখিবা। হন্দক নখোয়না থনম্বা মিংচৎ অসিদি নুমিৎ থানা পাল্লিবমখে লেঙলবোইদবনি। তমথীবা অবাশা। নখোয়দি মসিগী প্রতিফল শোয়দনা ফংঙগনবনি। জাৎ অমবু জাৎ অমনা জয় তৌবসু হৌদেলা, নখোয়গুম্না

তমথীনা নৈবসিদি উরকত্রি। হা গোবিন্দ ইবুংঙো। উবীপ্রবোইকো। শ্রীমুখনা হায়বীরম্বদাই—

"পরিত্রাণায় সাধুনাং বিনাশায়শ্চ দুস্কৃতাং
ধর্ম্ম সংস্থাপনার্থায় সম্ভবামি যুগে যুগে।।"

অবানা অসি য়ৌনা নৈববদা, ননাই ঐখোযবু কনবীদুনা মরমচৎ ফজপ্রবা তমথীরবা অবাশিংবু দমন তৌবীপ্রবা অসিবু করিননো ইবুংঙো। ইচিল ইনাওশা। কপ্তুনা লৈবনদি কান্নরবোই, শ্রীমুখনা তাকপিরম্বা অসি লেঙপ্রবা পোৎনি; শোয়দনা থোক্লবগদবনি, মতম খিৎ বাৎলিদুনা তৌবনি। লাও নথবায থাবা পাম্মুবগনু। মৈতে পুবান্দা চহি তবেৎ খুম্ভাকউ হাযবা লৈবগী অদুক তৌবনি, শুগদবা খিত্তা মণ্ডায়বে। লাকও, ঐখোয় পুন্নমক ইমাগী অবাবা কোক্লবা হোৎনবসি। (কুমুদ থোকখিবা)

## পঞ্চম দৃশ্য—লম্বী ময়া।

[অমুক গুপ্তা লৈচিনসু য়াম্না থাবা]

( নিংথৌ মনাই খবা অবাবা ঈশৈ শকতুনা চণ্ডলকপা)

[ঈশৈ]

নীংবা পুম্বা লোইনা কাযবে, লৈদুনা করি তৌগনি।
মৈতে লৈমদি খোঙলেঙবীপ্রমাম্লে, ম্না লৈপাক থাদুনা
লিন তোংবা ফীবান পাইখিদরে, ম্না কোনুং ময়াযদা,
মৈতে মমায খুমথরে।
মৈতেগী অবাবা পম্থেংলে।।
মৈতে অকনবনা কবাকথাঙ শক্তুনা,
যেক্লবা কোকহনগে হোৎনদবেনে।।

কোরশ— লিন তোংবা ঈরান ... অসিনচিংবা ।।

(নরসিংহ মনাইশিং চত্তকখ্রা)

নরসিংহ— মৈতৈ প্রজা। করিগী অসুক বাবা ঈশৈ শকপদে। নখোয়না শক্তিবা ঈশৈদু লাম্লি, ঐখোয়গীসু শকউ।

[ঈশৈ]

১। মৈতৈ লৈপাক ইবেম্মা নুংশিবী ইমা মণিপুর,
খুদাং পিফম তৈদুনা হিক্র হিক্র কম্লিবা
নোংপোক ভারত ময়ায়দা তোমশাৎনবী থম্মালনি
কপকনু কপকনু ইবেম্মা ৱাগনু ৱাগনু ইমাও
মৈতৈ লক্ষা মরিনা পুন্না কৌরি ঐগী ইমা।

২। মণিপুর নহাক্তি শীবনা শেম্বা লৈপাকনি,
হৃজিক ফাওবা নহাকপু জগৎনা নমিং কাউদ্রিবনি,
চিত্রসেনগী মিংচৎনা ভারত শীনবা থুংলম্মী,
নগুবু ইমা মখোয়গী পোকচবা নৎত্রা মণিপুর ।।

কোরশ— কপকনু .... অসিনচিংবা।

৩। নঙগী নচা নগুনা তৌরম্মী লায়না অবাবু জয়,
নঙগী নচা তেখাওনা অসামবু লায়না শুম্লম্মী হায়,
নঙগী নচানা খুন্তাগ্রে, কাছাড় ছিলেট ত্রিপুরাদা,
অদুগুম্বা নহাক্লি, করিগী মায়থোঙ লাংবগে?

কোরশ— কপকনু ... অসিনচিংবা।

৪। ফজবা মিংচৎ অর্জ্জুনগী মফম অসিদা মাঙদ্রিবনি।
বভ্রুবাহন নিংথৌনা অকনবা লানবু তৌখরিবনি,
পুরকই অসিদা ফজবা ধর্ম্ম ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌনা,
ধন্যনি ঐখোয় ঐখোয়গী লিংজেল, মচেৎ অমতং ফংলবদি

কোরশ— কপকনু ... অসিনচিংবা।

৫। ফজবা মায়খোঙ নুমিং থরনং কুম্নকনু অমম্ভা,
কোক্কনি থুনা কাওরনি অঙানবা মায়খোঙ ফজবা অদুদা,
মায়থীবা কোকহনলে ইম্নাগী মীনি ঐখোয়না বল নত্তে;
স্বর্গদগী হেন্নবী পোক্লফম লমদম মণিপুর।

কোরাণ— কপকনু . অসিনাচিংবা।

নরসিংহ— শকউ, বীর পুম্নমক! মাদু তারগা ঐগী পুক্নীং অনি থন্না পোথাই!

(কুমুদ চঙলকপা)

কুমুদ— থাগৎলু মৈতৈগী থম্মোবদা উৎসাহগী মৈ অদু।
শীন্থবোই অমুক হন্না অবাবগী পি অদু।
মতম কুইনা কপ্লক্নে অমুক হন্না কপ্পবোই।
য়েংগে ঙসিদি পুক্নীং বল কয়ামুক লৈবিবা।
লোইখবে বিভব গৌরব অমুক হন্না উবরোই।
আর্য্যবংশগী পবিমাদ মঙায়রে সম্বল ওইবিবা।
হজিকসু ঐখোয়দি আর্য্য সন্তাননি।
আর্য্য সোনিত কন্না থম্মোয়দা চেন্নি।।
বেদ পুবাণ লৈবি কায়দনা হজিকসু।
দর্শন্না জগৎপু হজিক ফাওবা ঙকহনি
নিলকণ্ঠ, কৌমাব মফম কাথত্রি।
যুম্মাল নম্বুল হজিকসু ঈচেল তৎত্রি।
হজিকসু থাযনগী মণিপুরদু মওইবি।
মহাক্কী মচা ঐখোয়দি কবিগী শোঙক্ননি।।
হৌগৎলু বন্ধুশিং অমগা অমগা খননবা তোক্রো।
পুন্নমক তিমদুনা স্বদেশকী মঙ্গল সাধন তৌরো।।
কপ্পনা থবক পাঙবা ঙম্বা পোৎ নত্তে।
অনৌবা উৎসাহদনা থবক পাঙগদবনি।।
থাগৎলু মৈতৈগী থম্মোয়দা উৎসাহগী মৈ অদু।

নরসিংহ— কনানো অঙাওবগী মতৌওম লাউদুনা চৎলিবা অসিদে, মহাক্কী বা অসি ভাবগা পূক্কীং অসি থৌগৎলিদা অদুক কৌ বা ঙাজনসি।

খোমদোন— কনা ওইরবনো? অসোমদা ঙাহাক্তা চঙবীরকখো।

কুমুদ— (স্বঃগত) কনানো, মখোয় অসিদি অবাগী মীচঙ ওইরিবা মৈতেরা। ওইরবদি, ঐহাক্কা লাউরিবা অসি অমসুং ঐগী সম্প্রবেশ অসি খঙথিবা তারে। হেঃ অদুমঙাইরে। (প্রকাশ্যে) নঙনা কনানো, ঐনা কনানো, মানা কনানো? ঐসু নঙসু মাসু কনাসু নত্তে।

নরসিংহ— অঙাওবনিনা। নহাকপু থাজেশংবা অঙাওব্রা? নহাক্কা হায়া ঙাওলম্বা। বা অদু তারবদি নহাকপু অঙাওবা মান্দে, মৈতে অচৌবা ফম্নাইরম্বা, অবানা নৈদুনা বাখিবা মাল্লি। ওইরবদি ঐঙোন্দা হায়য়ু, ঐসু নঙগুম্বা অমনি; নপূক্কীংদা খক চিংলগনু।

কুমুদ— ইবুংঙো নহাকপু কনানো। নরসিংহ হায়বা নিংথৌমচা অমা মৈতেগী অবস্থা য়েংগে হায়দুনা লাকই হায়বা তায়, মদুবু ইবুংঙো নহাক্কা? মনাই ঐঙোন্দা থুগ্গিগনু। ননাই ঐহাক ঐগী ইবুংঙো থিজবিবা মতম কুইরে।

খোমদোন— নত্তে ঐখোয়ঃ!

নরসিংহ— হেঃ করিনোদা, নুমিৎচুপ্পা পাঙদবা উৎকদবগীদা হোৎনবসিবো। মানি ঐহাক নরসিংহ হায়বা অদুনি। মৈতেনা অবাগী মখাদা য়াম্না নংলে হায়বদু ইমিৎনা অমুক্তং য়েংগে হায়দুনা লাকপনি। নহাক্কা মরুপ ওইরগা লাউ, ঐখোয় তিম্নদুনা মণিপুর অসি অমুক্তং উদ্ধার তৌবা ঙম্না য়েংসি। অদুগা য়েক্কবা ওইরগা থাঙ পায়য়ু লান তৌসি।

কুমুদ— ননাই ঐহাক ইবুংঙোগী ননাইনি (খুরুম্বা, নরসিংহনা কোনবা)

(অবা সেনাপতি সিকাই খরগা চঙলকপা)

সেনাপতি— নখোয়দি কনা কনানো হা?

কুমুদ— স্নাখ্যা ইবুংঙো মাসি অবা তেঙ্গোলগী সেনাপতি লুচিংবনি। মাবু হাৎলগা অবা তেঙ্গোল মরাইনা কায়দুনা চেনখিগনি।

পত্মানচিংবা }
মনাইশিংলো } — অদুদি ময়াম্ব চঙদুনা হাংলশি।

নরসিংহ— তুম্মিন লৈঁয়ু তানীংদে; ক্ষেত্রিগী হৌনদবা থবক্তা খক হায়গনু। নহাক্তি কনানো মহাশয়।

সেনা— ঐহাক্তি অবা তেঙ্গোলগী বড় সেনাপতিনি। নহাক্তি কনানো?

নর— ঐহাক নরসিংহ হায়বা নিংথৌমচাদুনি। নখোয়গী নখুত্তগী মণিপুর উদ্ধার তৌগে হায়দুনা লাণ্ডলি হায়বদু ঐনি।

সেনা— অদুদি নহাক্তি হুজিক পাল্লিবা নিংথৌগী খুৎনিনা। নহাক চঙজরকউ, নিংথৌ হাপ্পিগনি; য়াম্রবদি নথবায় মাঙবা তারে। মৈতে কয়া ঐগী ইখুত্তা মাঙখ্রবা।

নর— অবা সেনাপতি! অদুগুম্বা বাহে অনীরক হনগনু। নর ঐহাক নিংথৌ ওইগে হায়দুনা তৌবা নত্তে। বিজাতীগী মখুত্তগী উদ্ধার তৌগে হায়দুনতা তৌবনি অদুগা মণিপুর নখোয়না মৈতেবু অসি য়ৌনা নৈবদি চুম্বরা?

সেনা— অনৌবা গুম্বা লৈবাক্তা শাসন তৌবা য়ানবা হায়দুনা থরা কিহনবা ওইবমগনি। করি থোইনা নৈনগদগে।

নর— জাতি অমনা জাতি অমবু গুম্বসু হৌনে। অদুবু নখোয়গুম্না তমথীবদি পৃথিবীগী ইতিহাসতা ফংগ্রি। মতুংদসু ফংলক্করোই। নখোয় অসিদি শাগী...

সেনা— ঙাইখো ঙাইখো শাওগনু কটে, নহাক অসিবু ঐ য়াম্না নুংশি, ঐগী অবা অচৌবা ময়াম্না উরবদি নখোয়বু ফাগে হায়রনি। হৌজিক ঐখোয় মৈতে নুংশিবক্রে; চৎলো চৎলো। (সেনাপতি থোকখিবা)

নর— ঙাইখো ঙাইখো— তাদ করিনো নহাক্না তৌরম্মীবা অসিদে।

কুমুদ— ইবুংঙো মখোয় অসিনা ওহোল্লা মৈতে অসিবু থৌওইদে। অদুনা করেম্নদুনা চৎখ্রিবনি। হুসিয়ার তৌবীয়ু।

(সেনাপতি চঙলকপা)

সেনা— রাজকুমার নঙ চৎখ্রি, নঙবু ফাবা তারে। (ফাগে তৌবা অদুদা নরসিংহগা ঈম্নদুনা মল্ল তৌবা।)

## দ্বিতীয় অঙ্ক

### প্রথম দৃশ্য— বৈঠকখানা

[অহিং]

গম্ভীরসিংহ— (স্বঃগত) খঙম্রেদকো, ইমা ইবেম্মা মাতৃভূমি। নহাকপু করম্বা নুমিৎ থাদা উদ্ধার তৌবা ঙমগবা। গম্ভীরসিংহ কৌবা ঐ অসি চিংথংখোম্বা মহারাজগী মচানিকো, অদুগা কাছাড় হায়বা লৈবাক অসিদসু ঐহাকপু ইচম চম্বা নিংথৌমচা অমগুম্না লৈবা নম্ব্রেকো অদুবু হজিক ফাওবা ঐনা মণিপুরবু উদ্ধার তৌবা ঙমদদুনা লৈরিবসিবু করিননো? ওহোকপনিদা, পিতামহ বজ্রবাহন। ইহাকথক অসিদা ইবুধৌ ইবুংঙো নহাকী নগুণবু মাঙহল্লেদকো। নিংথৌমচা ঐখোয় মশেলনা, পুকচেল খোয়জেল তিন্নদুনা অমতা ওইদবদগী অসিবু থোকইবনিকো। নহান্দি, ঐগী ইনাও ইবুংঙো নরসিংহদা মাতৃভূমি উদ্ধারগীদমক অবাগা থেংনবা হৌরম্বদা য়াম্না মথবায় য়াওনা য়াই।

(খুম্মোং বিনোদ চঙলকপা)

চঙবীরকট ঙাথন। খুম্বোং নহাকসু লাউ। করম তৌসিগে তাথন। ঐবু পুক্নীং অসি নুংঙাইবা কৌবতা লৈতে, চাই হাওত্রে, হিরী নুংঙাইবা লৈতে। ইমা ইরেম্মা মাতৃভূমিগী বাখল তৌবদা লোম্ন লোংমগী হুকচাং অসি মনশিনক্তে। অদুগা খুম্বোং। নহাকসু মতাও মহাকপু ঐহাক্না অতোপ অতোপ্পা রাজ্য মনা য়াম্না চংহন্দুনা করম তৌনা রাজ্য শাসন নীংথিনা তৌগদগে হায়বা পুম্বা নীংথিনা তমহল্লুরবনি। নহাকসু নহা ওইরবসু নতাও মৈতেবু অবানা নৈরে হায়বসিদি তারেদ্রে। মসিগী প্রতিকার অমতদি ঐখোয়না তৌরুবা ওম্বা হায়বা লৈত্রে, করম তৌসি হায়বগে। ওহোক্লা বাখরেদা।

খুম্বোং— মা পুক্নীংদা বারিবা চুমই আজ্ঞা; ননাইশিং মৈতে কাছাড অসিদা লৈরিবা অসিনসু মতম কুইনা স্বদেশ থাদোক্তুনা বিদেশতা লৈবেদো, অদুনা স্বদেশ প্রেম বাথলে। অদুগা হন্দক অনৌবা মণিপুরগী লানগাইনবদা চেক্নকইবা ননাইশিং অসিনসু; অবানা য়াম্না তমথীনা নৈবকপা অসিদা, মখোয়গী মপুক্নীংদা অবাবু য়াম্না খুকন পাঙনবা তৌবা ঙম্বনি হায়না খনগ্রে। অদুনা মপুক্নীংদা অকিবা অমসু পোক্রে। মরম অসিনা ননাইশিং পুম্নমক অসিগী মপুক্নীংদা স্বদেশবু নুংশিবা প্রেম অমা পোকহন্দনদি মথৌনা হাপকৎপা য়াগনি হায়বা নীংদ্রে। নুংশিবা অমসুং অপাম্বা হায়বা অসি লৈতনদি মীওইবনা থৌনা ফবা অমসুং মথমায় থাবা পাম্মুদবা হায়বসি থক ওইবা য়ানি হাযবা নীংজদে। মরম অসিনা, ননাই ঐনা অসুম খঞ্জবদা, ইহান হানবদা ননাইশিং অসিবু স্বদেশ নুংশিবা প্রেম অমসুং স্বদেশ থাদোক্নীংদবা বাখল অসি থম্মনবা হোৎনবনা চুমই; অজ্ঞা। মসি তৌরবতদা মা পুক্নীং থুংগবরা হায়না নীংজে।

বিনোদ— করম্না নঙনা হায়রিবা অসিবু ভাব তাবা ঙমদ্রে।

গম্ভীর— হোয় ঐহাকসু ঙকলেনে। অথৌবা মী ময়াম্না খুৎলাই পায়দুনা, য়েক্নবা জয় তৌই হায়বদি চুমই; অদুবু খুম্বোংনদি ইপনবু পন্দে। হায়য়ু তাগে, মতৌ করম তৌনা স্বদেশকী প্রেম পোকহল্লগা, মণিপুর উদ্ধার তৌবা য়াগদগে?

খুম্বোং— ঙ্গা য়াথং তাকপিবা চুম্মই, অজ্জা। অকনবা খুৎলাই অকম্বা পায়দুনা, য়েক্নবা জয় তৌগদবনি। অদুবু হৌজিক্তি মতম অসিদা মতৌ করম তৌনা অমসুং মকম কন্দায়দগী অকন্নবা কন্দায়দগী খুৎলাই থোরকদগে।

বিনোদ— মাদুনি ঐখোয়না অহানবদা মক ওইনা খন্নগদবা বাবু মদুদা নঙনা মদুগী ইপন পন্দবা, নঙনা থোকপদা পঙহায় হায়বা অসিদা ঐখোয়দি ঙক্লে।

খুম্বোং— ঙকপিরিবা বারম পূন্নমক অসি ঐনা হৌজিক চরণদা হন্নৎলগা ভাব তাবীগনি। ইন্দ্রি অমা শোয়বা মীনা, জগৎনা ইন্দ্রি অদুনা অনুভব তৌরিবা অদু, নহাক্না তৌবা ঙমদে। মতৌ অসুম তৌনা, জগত্তা লেঙলি পান্নিবা অসি ঐখোয়গী ইন্দ্রি মঙা অসিদা চঙলগা, ঐখোয়না খঙবা ঙম্মিবনি। হৌজিক ননাই ঐনা অসুম খঙবদা, মৈতৈশিং অসি স্বদেশ নুংশিবা প্রেম অসি পোক্লনবা ইন্দ্রি অদুমা বাৎপগুম তৌরে; বাৎপদি নত্তে। ইন্দ্রি অদু বাৎপদি নত্তবনিনা শোয়দনা স্বদেশগী প্রেম অসি পোকহনবা য়াগনি। মরম অসিনা, ঐখোয়না ইহান হানবদা হায়রিবা স্বদেশকী প্রেম অসি পোকহল্লগা অকনবসু, থৌনা ফবসু মাদুতদা থোক্রক্কদবনি। মীওইবা হায়বসিনা, নুংশিবা, অপাম্বা হায়বা পোক্তনা থৌনা ফবা মথবায় থাবা পাম্মুদবা হায়বসি কৈদৌঙেদসু খক ওইবা য়াদে চুন্নগী নুংশিবা পোকহনবা অসিগী মথক্তা মীওইবা ঐখোয়না অমতং হেক শোকপদা থবায় থাবা পাম্মুনত্রিবা "লৌরী য়ুম্ফম কা মতু মচা কা" হায়বা অদুসু মৈতৈ ঐখোয়গীদি শোক্লে; ধর্ম্মগী মরীদসু নুপী-অঙাং বণ-ব্রাহ্মণ ফাওবা শোক্লে। মসি পূন্নমকপু লোইনা মখোয়দা তাকপীরবদি স্বদেশকী মরমগীদমক, মমিত্তা মপি তাবা ঙম্লক্কনি। মৈতৈ পূন্নমক্না অসুম ওইবা বাখল অসি খক্লক্লদুনা "তমথীবা অবানা ঐখোয়গী মাতৃভূমি মুনত্রেদকো" হেক হায়না কপ্পা মতম অদুতদা মণিপুর উদ্ধার তৌবা ঙমগনি।

গম্ভীর— নুংঙাইদা? নহাক্না ঙসি হায়রবা বা অসি তাবদা। নহাক্মক ওইরবসু নঙোন্দগী আশা য়ান্না তৌরম্মী, মাদুপুম্বা থুংলগত্রা হায়না নীংলে। অদুবু ইবুংঙো, কপ্পতনদি কায়রোইনে।

খুম্বোং— কল্পসু কল্পবনি অজ্ঞা। মরাইনা হৌগত্নুনা থবক মতৌজরগদবপোথনি। মা পূক্লীং চিংনবীগনু। মী খুনিমেক্তা মখোয়গী স্বদেশ নুংশিবা প্রেম অদু পোকহল্লবা হোৎনরসি, মতম থল্লদংদি হ্বানি।

বিনোদ— অদুবু মখোয়না স্বদেস নুংশিবা প্রেমসু মথক্লো; অদুদগী হৌগত্নুনা থবক তৌগে হায়নসু মবেম্লো, খুৎলাই লৈতনা করম তৌগদগেনে?

খুম্বোং— মদুগীদমক করি অমতা বাবীগনু নীংবো কল্পবদি থুদবা পোৎ লৈবা হৌনদে। মাতৃভূমিগী বাবিবা হীবম অসি তারবদা মী পূম্নমক্কা ইচ্ছা শক্তি মরাইনা পোকচরক্কনি। ইচ্ছা শক্তিনা লাই ওই। ইচ্ছা শক্তিনা ওইবা ঙমদবা লৈতে। প্রমান্দি— ইচ্ছা শক্তিদগী বিশ্বামিত্রনা বামোন ওইখি, সুকন্ননা সোবাবেন ওইখি। মবম অসিনা নীংববু কল্পবদা, সংসারদা ওইবা ঙমদবা লৈত্রে। কল্প কল্পবা শাম্নু, কৈ নোংশানচিংবা পূম্নমক হাৎকনবা খুৎলাইদি লৈ, অদুগা মীওইবগী পূক্লীংদা নীংলিবা ইচ্ছা শক্তি অসিবু থুগাইনবা খুৎলাইদি মবৈত্রে। ইচ্ছা শক্তি লৈরবতদা মৈতৈশিং অসিনা মথৌনা মপাঙ্গল থোবক্নুনা "অবা তানখায়দুনা মাতৃভূমি উদ্ধাব তৌগে" মা পূক্লীংনা নীংইবসি থুংগদবনি।

গম্ভীব— অদু ওইরবদি য়াম্না ফরে। নঙনা হায়বিবসি য়ানীংলে। মসিগী উপায় অসি নহাক্না হায়বা মতুংইম্না তৌবগে অতে কবি অমুক তৌসি হায়বগে নহাক অদুক হাযয়ু তাগে।

খুম্বোং— অজ্ঞা। ননাইনা নীংজবদি খুড়া বিনোদনচিংবা ঐখোয় পূম্নমক দেশতগী অতোপ অতোপ্পা মফমদা চত্নুনা মৈতৈ পূম্নমক্কা মৈতৈগী অবাবা অবস্থা অমসুং ঈবৈবাক্কী খুদোংথীবা পাউ অসি তম্নুবনা যগনি। অদুগা স্বাধ্যানা কাছাড়দা লৈবিবা অচৌবা নিংথৌ মচাশিংদা মাতৃভূমি উদ্ধাবগীদমক অমুক্তং পূক্লীং লিংজেল তিম্নমা অমত্তা ওইনবা হায়বীরকনা যগত্রা নীংজে।

গম্ভীব— যরে ঙসিমক ঐহাক রামনগব তাম্না চত্নুনা ইনাওতোন নবসিংহগা অমুক্ত উম্নক্নুনা বারম পূম্নমক তানরুগে।

বিনোদ— কবি ব্বানো ইবুংঙো। পোকমিম্নবা নয়াম্বুংশিং ননাও ইবুংঙোশিংগীদদি

লেঙগে নীংথ্রেদুনা মীচাপোক নরসিংহগীদা লেঙগে তাকপীরিবসিল্লো?

গম্ভীর— তাদা বিনোদ। ঐগী ইনাও নরসিংহ হায়বসে অত্তোপ্পা অমদি হায়না নীংলুগনু। ইচিল ইনাও পোকমিন্নবদা থাজবা ঙমলবা থবক অদু মঙোন্দা ঐনা থাজে। মাবুদি ঐনা অতোপ্পনি নীংজদে। ইশামক্কী হায়না নীংই। ঐগীদমক্কী হায়বদা মথবায় থাবা ওম্বা ইনাওনি।

বিনোদ— ফনমক হায়দুনসু স্বগার্ভ হায়বদুগা মান্নরকপা পোৎ নত্তেদা মখোয়গী খুৎ অসিদি খরা কুইরক্লবদি সগোল্লদা তারক্লগদবনি।

গম্ভীর— তাদনা হায়বীরিবদু যাম্না চুমই। ঐনা মাবু লুনা তৌবদি শাগে নক্লে হায়দুনা লুনা তৌবা নত্তে মহাক্তি ঐগী অরুবা মরুপ্পি অমসুং শাগেনি। অনীনা পুল্লবা ইনাওনি, মরম অদুনা ঐনা মাবু থাবা ঙম্লোই।

বিনোদ— অদুওম্বা অমা নৈববদি ফরে।

খুম্বোং— ঙসিমক ঐহাক জাত্রিবোন মায়কৈবোমদা চৎচবগে।

বিনোদ— ননাই ঐহাক্না জয়পুব মায়কৈবোমদা চত্তুনা ববখোল্লারোমদা হাইগৎচবক্কে।

গম্ভীর— য়াম্না ফরে, ঐখোয় পূন্নমক্না মাতৃভূমি উদ্ধাবগীদমক অবা অনা থিনদনা অমুক্তং হোৎনসিকো। অদুগা ঙসিদগী থা অমগী মনুংদা ঐখোয অসিদা উনসি। হনবীরো হনবীরো। (খুম্বোং বিনোদ থোকখিবা)
(স্বঃগত) হৌজিক ঐগী চাকথ্রবা থম্মোয অসি করম্বা অবেপ্পা বাথল অমা খল্লগা খিত্তং ঈংগদবা। জন্মভূমি স্না নৈবাক উদ্ধারগীদমক অমুক্তং অবাগা লানফম অচৌবদি শোয়দনা থেংনবগনি। য়াম্বুং ইবুংঙো চৌরজীংকী "বজ্রসিং কৌবা থাঙশাং অসি অৱা হাত্তুনা লমন খুল্লগা নিংথি তুরেন্দা থাঙ চাম্বা" হায়না বাশরুখিবা অদুদদি হ্য গোবিন্দজী ইবুংঙো থুংহনবীয়ুকো। ইবুংঙো নঙগী কৃপাদগী অবাবু জয় তৌজদুনা মাতৃভূমি উদ্ধার তৌজরগা, ইবুংঙো নঙোন্দা সনাগী নবছত্র কচ্চদুনা রাজ অভিষেক তৌজগে। ননাই তোল্লবা গম্ভীরসিংহ কৌবা ঐনা ভাণ্ডারী অমওম্না থৌগল তৌজবা অসিদা কৃপা তৌবীয়ু। হিঃ রণ চণ্ডি জয় তৌবা মতম ওইরেনা।

[ঈশৈ]

(ঝিঝিট খম্বাজ— একতালা)

নীংথিরবী ইমা ওঁকার শক্তি ওইরিবী থৌজানবীয়ু ননাইবু।
দূর্গা শক্তি সরস্বতী মহালক্ষ্মী অহন্না ত্রিগ্নিবী।।
শুম্ভ নিশুম্ভ মাঙহনখিবী মধু কৈটভ হাৎপিখিবা (হে ইমা)
ইবেম্মা নগুণী নগুণ মুণি ঋষিমক্না খঙবা শুমগ্রিবনি।।
খট্টাঙ্গ খুত্তা পায়বীরগা য়েক্লবা ভূন্না মাঙহনবীয়ুকো। (হে ইমা)
তমথীবা অবাবু হাৎপিয়ুগবা (হে ইমা)
তোন্নবা নচা গম্ভীরসিংহনা থিগাও শানা জয় নিজরি।

## দ্বিতীয় দৃশ্য— লম্পাক

[নুমিদাংবাইহ]

(ঘন, মন চঙলকপা)

ঘন— ওহোকপনি। মীগী লৈতোন হায়বসিনা মফৎক্রবদি হায়নীংঙাই লৈতে। ঐখোয়গী ওঝাদা নিপামচা অমা লাইরিক তম্বা লাকই-নহাই; মহাক অদু "ক" হায়বা ইথোক হেক থোক্তে "গ" দা মহায়থ্রে।

মন— মাদুবু উপায় অমা তৌদুনা হায়হনবা ঙমগ্রবরনে?

ঘন— ওঝানা ওহোক ওহোকপা উপায় হোৎনরে-নহাই। মহাক্নদি "ক" হায়বা মথোক্তরবা কাল অদুদা ওঝানা ককচেং চৎপা উদুনা চৎলিবা অসি করি কোই হায়দুনা হংই। মাদুদা মহাক্না খুমই— ওঝাবু মাসি গকচেং কৌই। (অনীমক লোকপা)

(খোনগ্রি চঙলকপা)

ঘন, মন—ওঝাবু শাঙবীরকসি। নুমিদাংবাইরম অসুম তৌদুনা ওঝাগী বারী খরা

খুত্তগবু মী ওইনা নীংবা অতোপ্পা মীবুনা জীব ওইনা নীংদ্রবা মৈত্তে অচৌবা অয়াম্বনা তৌই— করি হায়নি অতোপ্পা মীনা নুংঙাইবা উরগা কল্লকপা ফাওবা য়াওইদনা।

চন্দ্রহাস— প্রতাপ চৈরনু ভাই! ঐসু ত্যাগী ওইদুনা মণিপুর উদ্ধার তৌগে হায়না লেপ্লদুনা নঙবু থিরক্লিবনি। লাও ভাই কোম্লসি। (কোম্লবা)

# তৃতীয় দৃশ্য— ওইনামনুং চীংদোন

[নুমিদাংৱাই]

(গম্ভীরসিংহ চঙলকপা)

গম্ভীরসিংহ— করিনো, ঐহাক্লা তৌরকইবা অসিবো। ইমা ইবেম্মা, মণিপুব। নহাক্কীদমক্তা ৱাবনা নচা ঐদি অঙাওবগী মতৌগুমগ্রেকো। লম অসিদি কাছাড়দগী নোংমগী লম্বী হেল্লক্রেনে; ওইনামনুং চীংদোন ওইরবোইনা, মতৌ করম্না ঐহাক্লা অসি যৌরকইবনো? মাঙর্দা লমদম লাপ্পা উবিবা অসি মণিপুর স্না লৈপাক্লিনা? হা গোবিন্দ ইবুংঙো। করম্বা নুমিত্তা, মণিপুর স্না লৈপাক্তা ইবুংঙো নঙগী সেবা তৌদুনা নিংথৌ ওইনা পাঞ্জগবা! ইবুধৌ পাখংবা, ধৰ্ম্ম লৈত্রবা তমথীরবা অৱাবু ঙমহনবীয়ু।

[ঈশৈ]

(পুরবী আড়া)

ইমা লৈবাক লৈময়োন, কয়াদা নীংথিনা ঙাম্ভোইরিবা।
লমদম লাপ্পা উজবদা চাক্রম্বা থম্মোয় ইঙজরে।
চীংনা কোয়না পনশারি হাওনা কোয়না খুত্তারি,
স্না লৈপাক নীংথিবী পুক্কীং ময়োন চোংহনবীরো

তোল্লবা নচা খিবিক্লা ইমা ইমা কৌজদুনা
অমৃত খোল্লাং থকচগে, অনৌবা পাঙ্গল নিজরি।

হেঃ অসিনা চৎনবা পোৎ নত্তেনা। ঐহাকপু রাজপূত নৎত্র? কপ্পসিনদি থবক পাঙবা ঙম্মগদবা লৈতে। কন্নবগী মত্তৌগুম্না ইথৌনা ওইনা থবক তৌদনদি কার্য্যসিদ্ধি ওইগদবা লৈতে। অচ্চাঃ লাকচৈদো! পাপী অবানা ঈরৈপাক মচাবু জীব ওইনা তৌদবা, শা ঙা হাৎপগুম হাৎপ্রবনিকো, খঙগনিদো হন্দক্তি গম্ভীরসিংহ ঐগী ঈতীক খঙউদো। মৈতৈ হাৎখিবা অমগী মহুত্তা, অবা চাম্মা চাম্মা লমন খুমগে। নিংথি তুরেল লান্দুনা, ইংয়ে যুবরাজগী কোনুং থুগায়গে।

(লাইনীংবগী ফিজেৎ শেৎপা মী খরা ঈশৈ শক্তুনা অমমম চঙলকপা)

অহানবা মী— "সত্য যুগতা নরসিংহ অবতারদা, হিরণ্যকশিপু হাৎখিনে।" "জয় ভগবান— জয় ভগবান— জয় ভগবান" হা গোবিন্দ করম্বা নুমিত্তা মণিপুরদা মৈতৈ নিংথৌ পাল্লগবা!

অনীশুবা মী— "ত্রেতা যুগতা রাম অবতারদা রাবনবু হাৎখিনে" "জয় ভগবান— জয় ভগবান— জয় ভগবান" হা গোবিন্দ করম্বা নুমিত্তা অবানা মৈতৈ নৈবা তোক্লগবা!

অহুমশুবা মী— "দ্বাপুর যুগতা কৃষ্ণ অবতারদা, কংশবু হাৎখিনে" "জয় ভগবান— জয় ভগবান— জয় ভগবান" হা গোবিন্দ করম্বা নুমিত্তা মণিপুরদা মৈতৈনা বারিবসি কোক্লগবা।

গম্ভীরসিংহ— (স্বঃগত) হিঃ মখোয় অসিদি কায়দা অমনিনা। (প্রকাশ্যে) ইচিল ইনাওশিংবু! করি করি লমদগী ওইরবনো কদায়দা চৎকে হায়দুনা, করি থবক্কী মফম অসিদা লৈরম্লিবনো?

১বা মী— হা ইবুংঙো! নহাকপু কনানো? রূপ গুণ চঙখোম্না উইদা! অবাগী মীরা! ওইরবদি ঐখোয়গী ইত্থসু ইচাসু হাৎহৌরে ঐখোয়বুসু হাৎলরো! নৎত্রগা ঐখোয়গা তিম্নগা চৎসি, কাছাড়দা নিংথৌমচা অকনবা লৈ হায়, মণিপুরগী

অবস্থা তস্মুসি।

গম্ভীর— ইরৈবাক মচাশা। ঐহাক গম্ভীরসিংহ হায়বা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌগী মচা অদুনি।

মখোয় অহুম— হিঃ করিনো, ইবুংঙো। তৌরকইবা অদুদে; লেঙঙসি ইবুংঙো।

গম্ভীর— ঐহাক্তি মৈতৈগী অবস্থা য়েংগে হায়দুনা লাকপনি।

১বা মী—ইবুংঙো লেঙঙ্গ্রনু! মণিপুরদা য়াম্না খুদোং চাররোই।

গম্ভীর— ঐহাক্তি চত্তবা য়াদ্রে।

মখোয় অহুম— অদু ওইরবদি, ননাই ঐখোয়সু থৌগল তৌরনি। "জয় গম্ভীর-সিংহগী জয়'

গম্ভীর— "জয় মাতৃভূমিগী জয়"

# চতুর্থ দৃশ্য— ফৈদাবুং

[নুমিৎয়ুংবা মতম, নোং থিৎলি থিৎলি তাবা]

(গোকুল শর্ম্মা, লাম্মী অমসুং অবা সর্দ্দার)

গোকুল শর্ম্মা— কৈদৌগে লাম্মী লোযশঙগী তাদ। ঐহাকপু হান্না হাৎপিয়ুগবা। করম তৌনা ঐগী ইমিৎ অসিনা ঐহাক্কী নুপী অসিগা ইচা অসিগা হাৎপবু য়েংসিগে।

অবা লাম্মী— ঠাকুর ঐহাক্না ঙম্বা পোৎ নত্তে অবা সেনাপতিগী হুকুম্নি। হুজিকসু ইনাক্তা লেপ্তুনা সর্দ্দার অমা লৈরিবসিনি। মখোয়গী হুকুমদি নচা অসিবু ইহান হান্না হাৎলু, অদুগী তুংদা নতূ হাৎলু। নতূ নচা অনীমক হাৎপা য়েংহল্লগা, ইকোন কোন্না নহাকপু হাৎলু হায়রি।

গোকুল—হা গোবিন্দ! মসিবু ঐহাক্কী ইমিৎ অসিনা করম তৌনা য়েংশিবা! হৌজিক অসিদা ইকোকথক্তা বজ্র তারক্লুনা শিরবদি নুংঙাইরনিদা। নৎত্রগা তৌরিবা থবক অসি মঙনি হায়রগা খবা ফগদ্রা?

(গোপাল চঙলকপা)

গোপাল— পাবা! অরাশিং অসিনা, পাববুসু ইমাবুসু পুল্লিবা করিগীনো ইমাগা লোয়নদুনা লাকপদা ইমাদি পঙকপ্তা মকপ্লি, অদুগা ইমা হুনজেক্লমদুনা চেল্লক্লবনি। ইমাদি মহাকপু পুনবা নিপা অদুগা লাকহৌরি।

গোকুল—ইবুংঙো! করিসু তৌদে।

গোপাল— পাবখোয় মগী পোৎ হুরাল্লুরমাল্লে।

গোকুল— হা গোবিন্দ! ননাইবু ওল্লোক্লা অরাবগী মথক্তা বাহল্লেদকো।

(অরা লাম্মী অমগা লোয়নদুনা কুসুম কুমারীনা চঙলকপা)

কুসুম—

[ঈশৈ]

কনবীয়ু শ্রীহরি তোল্লবী ননাইদি থবায় পুবা ঙমজদরে।
বারবা মতমদা নিজরি চরণ্তা, কৃপা পীনবীয়ুনে দিনবন্ধু
"রাসবিহারী, ব্রজবিহারী।।"
ইপুরোইববুদি পুন্দুনা থম্বীরে, শয়েং পাম্বোম তেকখরে,
"বিপদ ভজন দর্পহারী"
তমথীরবা অরাগী থাঙগী ময়াদা ইমা ইচা প্রাণ থাও তমথ্রবোই
"হা কৃষ্ণ বংশীধারী।।"

হা অকনবা অরা লাম্মী। ঐহাকপু ইচাগা ইপুরোইবগা হাৎপীদ্রিঙেদা, হাৎকদবা লৈরবদি, ঐহাকপু হান্না হাৎপীয়ুগবা! ঐহাক্লা করম তৌনা ইচাবু হাৎপা য়েংসিগে, অদুগা করম তৌনা মচা হাৎপদা মপানা য়েংবা অদুবু ইমিৎ অসিনা উরসিবা।

গোকুল— কপউ ইবেম্মা! হুজিক্তি কপ্পতনা পাঙ্গল ওইরবা পোৎনি। নুপী হায়বা অসিদি কুমারী ওইরিঙেদা মপানা যৌবন ওইরগা মপুরোইবনা, অহল ওইরগা মচানা য়োকপা হৌনে হায়না শাস্ত্রনা হায়বি। ঐহাক্লা নরাধম ওইবা মরম্মা যুবতী ওইরবী ভার্য্যাবু কনবা ঙমদ্রেদকো ইবেম্মা। নহাকপু ঐগী ইমাঙদা হাৎকনি হায়রি। লাউ ইবেম্মা নমা নচানা শিবদু পাপচেল্লবা

ইমিৎনা য়েংগে। ইবুংঙো গোপাল। লাউ, ইপাগী নাক্তা চঙলকউ। নহাক্স নরাইবক থীবা মরম্না ইপাদা চঙলক্তুনা পোক্লবদগী অবাগী থাঙ ময়াদা চৎকদৌরেকো! লৈপাক হেক কায়বদগী হুজিকফাওবসি ইচাদি নোংমতা চাক মপূক থম্না চাজবা ফংগ্রবা ইচানিকো। ইবুংঙো। নহাক্না ফমুংদা হিপ্লা ফংদদুনা, নাপী-শীংবী মরক্তা হিপ্তুনা মতম লেপ্লিবা কুইরক্লবনি। আঃ ওঙ্ঘোক্লা তোল্লিদা।

অবা সর্দ্দার— মপা মমাদু অসিদা লেপহল্লগা, অঙাং অসি হান্না হাৎলু।

গোপাল— হাইমা, পাবা! ঐহাকপু হাৎকনি হায়রিবা অসিবু করিগীনো? পাবা ঐহাকপু হাৎপিনু, খরা হায়বীয়ুগবা। করি তৌরে পাবনা তূমিন্না লৈরিবদো ঐবু নুংশিদরব্রা? ইমা! ইমা! নহাক খরা হায়বীয়ুবা।

অবা সর্দ্দার— হাৎলোনে, মঙকশম মেত্তুনা হাৎলোনে।

গোকুল—হা গোবিন্দ ইবুংঙো! উদ্রবোইকো ইচা অসিবু হাৎপা করম তৌনা য়েংশিগেনে। হা মৈতৈ নিংথৌ ইবুংঙো! নখোয়বু হুজিক কদায়দা ঙস্না চৎখ্রবনো? ইবুংঙো নখোয়না পাল্লিঙৈদদি, ব্রাহ্মণবু য়ান্না লুনা তৌরম্বদাই। নুপী, অঙাং, ষণ, ব্রাহ্মণগীদমক নথব্রায় ফাওবা থাবদা পাম্মুদবা নৎত্রা? নুপী, অঙাং, ব্রাহ্মণবু তমথীবা অৱানা হাৎকদৌরে; ইবুংঙোশিং কনবীররোইদ্রা?

অবা সর্দ্দার— কনানা কল্লনি, হুজিক হায়বা ইন্দবগী ফলনিদো, হাৎলো, হাৎলো, হুজিক কনানা কনবগে য়েংগে।

নরসিংহ— য়েংঙউ, হৌজিক নরনা বামনগী থব্রায় কনবা। ঐগী ইমাঙদা বামোন হাৎকদবা জগৎতা পোকপরা? হৌজিক ফাওবা নরসিংহ শিদ্রি হায়বা খঙদ্রা? ভীরু কাপুরুষ। নুপীদা অঙাংদা, খুৎলাই পায়দবা ব্রাহ্মণদা থৌনা ফবা নখোয় অসিদি শা-ঙাগী জাৎনিনা। নিপা থোক্লবদি ঐগী ইমাঙদা অদুক হাৎলু হাৎলু য়েংগে।

অবা সর্দ্দার— এঃ নহাকপু ঐখোয়না থিরিবা মতম কুইরেদা। নয়াম্বা নিংথৌ সত্যপালনা তৌবা ঙমদবা অদু পুরকউ। মণিপুরদা লান তারকপা কান্দা নুপীগী

মতৌগুম্না তুমিন্না চেনখিবনি। অচ্চাঃ ইকাইদেদা।

নরসিংহ— য়াম্মুং ইবুংঙো মারজীৎপু অদুক থীনা হায়বা ঐগী ইমাগুদদি নতীক নত্তে। খুৎলাই পায়য়ু পাপী। নথবায় কন্নবা হোৎনজৌ। (নরনা থাগু শত্তুনা চোংশিনগে তৌবদা তুংলোমদগী অবানা ফাবা অমসুং থাগু মুনবা) হায় পাপী! কনানো? ময়ামবা থেংনরিঙেদা অদুম তৌনা তুংদা লাক্কুনা ফাবা হৌনব্রা?

অবা সর্দার— হৌজিকসু মারজীৎ রুক্ষরগে হায়য়ু থাদোকপিগে।

নর— হুরান লান্না তৌদুনা, নথবায় কনবা মীকিথী; গুগুইবা নটীন অদু হেক শুগায়গদবনি।

অবা সর্দার— হাৎলু হাই অঙাং অদু মাগীসু মমাগুদা। মানা করি তৌবা ওস্বগে? য়েংগে।

নর— (মাবু ফারিবদু হাইহৎলগা অবা শগুলিংবদগী অঙাঙ অদু মুন্দুনা) হন্দক্তি নর ঐগী ইতীক খগুউদো। বামোন হাৎপা, ষণ হাৎপা, নরমচৎ ফত্তবা পুন্নমক্কী লমন লোইনা খুমগে। অবাগী ঈতনা ইম্মল তুরেলগী ঈশিংগী মহত্তা চেলহনগে। অবাগী মকোক্না লৈপন ওইহনগে, অবাগী সরুনা হুই থারুগে।

(পিস্তোল পায়দুনা গম্ভীরসিংহ কল্লা চগুশিল্লকপা)

গম্ভীর— ইয়াম্বগী ইবুংঙো। হন্দক্কী অসিদা, নথবাই থাবা পাম্মুগনু ইয়াম্বসু নতুং ইনগনি। গম্ভীরসিংহ ঐহাক লৈরিঙেদা, ইনাওবু লাকচরগদবা জগৎসিদা পোক্লিবরা? হাই পাপী ধর্ম্ম লৈত্রবা চাণ্ডালশা! নখোয় অসিদি হাও-নাইগী জাৎনিনা। মী অমদা ময়াম চগুবা হৌনব্রা? হৌজিক্তি ইচিল ইনাওগী প্রতাপ খগুউদো। (গম্ভীরসিংহ পিস্তোল থাঙ্গৎপা ময়াম কায়দুনা চেনখিবা) ঠাকুর নহাক্তি করম তৌদুনা, অসুক খুদোংথীবা অবস্থা ফংইবনো? নহাক্না করি তৌরুরবগে?

গোকুল—ইবুংঙো। ননাই ঐহাক লৈপাক হেক কায়বা কান্দা, কাছাড় তাল্লা চৎচগে তৌই। নিপামচা অসি মতম অদুদা থা ৬ তা মগুায়রি। ইমা হনুবী অমসু

য়াওই, মরম অদুনা ভমহৌব্রে। ইমা অদুনা ইমুংদা থোঙ লোম্লগা মোরোক থাদুনা হাৎখৱে হায়। ননাই ঐহাক্না লোম্না চেঙ্গরক্নুনা জঙ্গলদা করিদা অসুম লোক্নুনা লৈরকপদা নহানদি অবা অমনা কাদুনা ঐখোয়বু য়াম্না লৈরে। অদুদা ননাই ঐহাক্না খরা কপন্না হায়দুনা ঐহাক্তি ব্রাহ্মণনি হায়জবদা, ব্রাহ্মণ ওইরবদি মখোয়গী লুখাক চাও হায়। মাদুদা ননাই ঐহাক্না য়াক্লব্রে; অদুগী হাৎকনি হায়দুনা তৌরম্মীবা অসিনি।

গম্ভীর— কৃষ্ণ, কৃষ্ণ তাহেব্রেদা। ধর্ম্ম লৈতবা চণ্ডালশা। ওহোক্না ধর্ম্ম লৈখিব্রেদা। ব্রাহ্মণগী মথক্তা অসিগুম্বা অত্যাচার তৌরিবা, অবা নখোয়দি হন্দক গম্ভীরসিংহ নরসিংহগী ঈতীক য়েংউদো। রেঙ্গুন্দগী তুমু ফাওবদা লৈরিবা অবা খোমদুনা হাৎলগা মখোয়গী মকোক্তনা লোক্তাক যুনগে। পাপীগী মচা অবানা লাকচখরেদা। নরসিংহ গম্ভীরসিংহনচিংবা লিংথৌমচা লৈরি হায়বা কাউরবোইরেকো। হন্দক্তি অবা নখোয়বু, নখোয়না তৌরম্বা অসিগী মতীক চানা লম্মন খুম্মগা, মণিপুর হায়বা লৈপাক অসি, পীক্লবসু লাকচবা য়াবা লৈপাক নত্তবোইরে হায়বা, জগৎপু হন্দক উহল্লমগে।

কুমুদ— মাঙলে স্নাখ্যা ইবুংঙো। অসোমদা অবা তেঙ্গোল অমা স্নাখ্যাখোয় থেংনগনি হায়দুনা লাক্লে, ননাই প্রতাপসু কাব্রে।

নর— (ইকিং কিংনা) প্রতাপপু, নহাক্তি মাদু করম হায়না খঙঙকই?

কুমুদ— মাদু হংবা মতম নৎত্রে, লেঙলক্লো।

গম্ভীর— বামোন ইমুং অসিদি করম তৌসিগে।

কুমুদ— খোৎখোৎপা লেঙবীরক্লো ননাইনা তৌজগনি। (পুন্নমক থোকখিবা)

## পঞ্চম দৃশ্য—দরবার

[মৈতৈ নিংথৌ, অবা সেনাপতি অমসুং অঙম অথৌ]

(প্রতাপপু মথুৎ তুংবুন্না পুন্দুনা পুশিল্লকপা)

দোলাইপাবা— হাই মৈতৈ নিপা। নমাঙদা, সিংহাসন মথক্তা ফম্লিবসি মৈতৈ নিংথৌনি; অদুগা য়েক্তগী অসিনা অবাগী বড় সেনাপতিনি। কল্লি হায়বা, নখোয়গী মৈতৈ লৈপাকপু নোংমেদা লায়না জয় তৌই হায়বদু অসিনি। খুরুম্মু; অদুগা নহাক্কা হায়জনীংবা বা হায়জৌ, কনবা ওম্বা মপুনি।

প্রতাপ— (শাওনা) করি। নহাক্কুম্বগী মৈতৈ নিংথৌ মহাক্কী প্রজাবু অমসুং ব্রাহ্মণবু অসি য়ৌনা নৈরবদা বাহে অমতা হায়দুনা কনবা ওমদবা অসিবু খুরুম্বা? মহাক্তি ঐখোয়গী নিংথৌ নত্তে অদুগা নিংথৌরোন্দসু মসিং চল্লোইদবনি। অদুগা নহাক্কী অশোনবা, খুৎলাই পায়দবদা থৌনা ফবা সেনাপতি অসিবু ঐহাক্কা ব্যবহার তৌবা। তুমিন লৈয়ু সিফাইমচা নহাক্কা হন্দক হায়বা বা অদু অনীরক হন্না হায়দুনা ঐগী ইনাদা তাহলগনু।

সিফাই— মসিদি মমং থিরেদনা।

অঙম অথৌ— অঙাং অসিদি ব্যবহার ফজদেদা।

অঙম্বা-২শুবা— হোয়নে মসিদি মকোক য়ৌনা নোন্দেদা।

অঙম্বা ১বা— অসিননিদনা, নখোয়না ঐখোয়গী জাৎ অসিবু শা হাৎপগুম হাথলিবসে।

প্রতাপ— তানীংদে, তুমীন লৈয়ু। হুইসা। ঐহাক নখোয়গা বা ঙাঙননীংদে, তুকচৈ।

অঙম্বা ১বা — মসিদি সভা মাঙদা হাৎহনসিনা।

অঙম্বা ২বা— শোয়দ্রে নঙ শিবা তারে।

সিফাই ১বা— মসি, মমিবু লৈত্রেনা।

প্রতাপ— তুমীন লৈয়ু, শিবা কিবা প্রতাপ ওইরবোই নীত্রা?

সেনাপতি— হায় মৈতৈ মিপামচা। নহাক্কী নবুংঙো অনীদু কদায়দা লোথলিবগে, তাকউ। নখোয়গী নিংথৌমচা হায়বা জাৎ অসিদি য়াম্না পাঙথিব্রেদা। ঐখোয়না অহানবা লান লাকই, দেহদা প্রাণ লৈরিমখৈ শোক্লদুনা লান্দা শিগে হায়বা লৈতে, হেক্তা মচেনখি। অদুগা হন্দকসু নিংথৌমচা অনীখক লাকই হায়, মখোয়সু বীরগী মতৌগুম্না লান তৌদুনা মণিপুর হেক মমুনখো, অদুসু তৌদে; জঙ্গলদা, তু-খোংদা লোত্তুনা লৈরে হায়না তায়। মখোয়না তৌবা শারিববু করিবু তৌজগে হায়দুনা তৌরিবনো? নোক্তুম নোক্লীংই, অদুম তৌনা হুরান লাম্না তৌরগা অবা সেনাপতি ঐহাক্না পুরিবা লৈপাক, ঙমগনি হায়নবু নীংজব্রা? অদুগা নহাকসু মখোয় হুরানবশিং অদুগী মতুং ইন্নকপদা ঐগী অকনবা অবা সিফাইনা ফারেদো। হৌজিকসু ঐখোয়রোমদা য়াওজৌ। সে ঐগী ইনাক্তা কম্মীবা নিংথৌ অসিদা ভক্তি কৎচৌ, অদুগা হুরানবা অনী অদু কদায়দা লৈবগে তাকউ। নথব্রায় কনবীগনি।

প্রতাপ— অবা সেনাপতি। নহাকপু নুংথিল পোবোপ্তা সভা ময়ায়দা ফমদুনা চৌক্রি মথক্তা নমঙ মঙইব্রা? সে হায়গে তাও নহাক্না জীব লৈরিমখৈ লান তৌদুনা শিদে হায়বা, চেনখ্রবদি চুমই নহাক্না হায়বা, চেনবা নত্তে। মী অমুক খোমদুনা নঙবু জয় তৌগে হায়দুনা চৎপা ওইরমগনি। অনী কোন্নরগা অমা তুগনি হায়বা শোয়দবা পোৎনি। অদুগা নহাক্না ঐহাক্কী ইবুংঙো অনীবু হুরান লাম্না তৌই হায়বা, তু-খোংদা লোৎলি হায়রে। কৈদৌঙৈদসু ইবুংঙো অনীদি লোম্না লেঙদে। ইফোং ফোংনা লেঙইবনি। নহানসু নহাক মথেংনৈ। নহাক্না লান তৌসি হায়দুনা ঐগী ইবুংঙোগা মতৌই; নহাক্না মায়থীবা মফংই; অজ্ঞানদুম নহাকপু স্নাথোঙ ফাওবা মথিনবী, মাদুবু লোৎপা কৌব্রা? ঐগী ইবুংঙো অনীদি হন্দক লান তৌগে হায়না লাকপসু নত্তে। মণিপুরবু নখোয়না য়াম্না শাথীনা শা ঙাগী লমচৎ চত্তুনা নৈ হায়বসি অহানবদা তারমদে, হৌজিক তারক্লবদা চপ চাবা খঙগে হায়দুনা লেঙঙকপনি। হৌজিক্তি অনী অসিনা খঙদুনা চৎখ্রবদি, নখোয়গী শাগী লমচৎ অসি, কুইগনি হায়বদি নীংজরনু। লান তৌগে লাকপা ওইরবদি

নহায়া তৌরমগদবনি। মাদুদি নত্তে খঙউ। অদুগা নহাক্না ঐহাকপু নথবায় কনবিগে ইবুংঙোখোয়গী মফম তাকউ হায়রে, হুরানবা, খুৎলাই পায়দবদা থৌনা ফবা জাৎ। ঐগী ইবুংঙোদি লোৎপা মীরা, করি অমুক তাকফম লৈবগে? ইফোং ফোংনা চৎলিবা মীবু অমুক করি তাকউনি, লোন্না লৈবা মীদবু তাকপনি। করি; মখোয়দা ভক্তি তৌ থবার কনবীগে হায়রে, ইথবায় পাম্মুবগীদমকপু ওক্তগী হেন্না তুকচরবা নখোয়দা ভক্তি তৌবা। অদুগম্বা বা অনীরক হন্না হায়গনু। ঐবু থুনা হাৎলো, নখোয়গী নশক কুইনা য়েংদুনা লৈবা অসিমক পাপনি, নহাক খঙব্রা? মাতৃভূমি উদ্ধার তৌগে হায়না লেপ্পা নুমিত্তগী থবায় কংখরে হায়বা। হৌজিকপু অমুক থবায় পাম্মুখিগদ্রা?

সেনাপতি— মসিদি হুরানবনবু তম্বীরকপরা বা ঙাঙবদি ফনা হৈজরেনা। ইবো নহাকপু হুরানবগী মফম অসি মতাক্লরোইদ্রা?

প্রতাপ— হায় অবামচা! নহাক্কী নচীন অদুনা অদুম্না ঐগী ইবুংঙোবু হায়নু হায়বা য়াররোইদরা? নহাকপু ঐগী ইবুংঙোনা দ্বন্দযুদ্ধদা নথবায় কনবীখিবদু কাউরব্রা হাই। নুপীদা অঙাঙদা থৌনা ফবা সেনাপতি। ইখোঙ ইথুৎ পুন্দবা থোক্লম্লবদি নমায় অদুদা খোঙপাক অসিনা কাওদুনা লম্মন খুম্লমগদবনি।

সেনাপতি— হায় নিপামচা! নঙক কয়ামুক য়াম্না হাইগৎপগে য়েংববু য়াম্না হাইগৎলেদা। ঙসিদি ইবো, নঙগী নুমিৎ শুরবা হায়বদুনিদো। হায় শঙলিংবা লৈব্রা? মসি ময়াম মমাঙ অসিমক্তদা মঙক ককউ হাই। চিঙ্খীবা অঙাং! নহাকপু হাৎপদা কনানা কল্লগদগে, নঙগী নবুংঙো গম্ভীর, নরসিংহনা য়েংগে—

গম্ভীরসিংহ— য়েংঙউ নরসিংহ গম্ভীরসিংহ অনীমা প্রতাপপু কল্লরিবা। হাই শাগী জাৎ। অদুম্না মী হাৎপা হৌনব্রা। পাপী। কাউরব্রা? নথবায় শিরগদবদা ইনাও ইবুংঙোনা কনবীখিবদো। হায়বীরমগে তাজৌহাই, নখোয়গী নুমিৎ শুরবনি। নহানমখৈ নখোয়গী অত্যাচার অসি ঐখোয় খঙঙমদেহাই। হৌজিক নখোয়না নিপা থোক্লগা প্রতাপ কল্লিবা অসি মুম্লোলাউ। (প্রতাপ পুদুনা চৎখিবা)

## তৃতীয় অঙ্ক

### প্রথম দৃশ্য— লৈকোন

[হেমাবতী]

হেমাবতী—

[ঈশৈ]

(গৌর খেমমটা)

লমদম কৈদা লেঙবীখরে, ননাইবুদি কাউবীরবোই।
প্রাণনাথ উজদবা।

১। অবাবা ঈথকদি থুমজিল্লক্রে
কনানসু কনবীদরে,
নিজগে ভিক্ষা, তোল্লবীগী থবায় অদু,
কীগাও শানা য়াজগে, থম্মোয়গী মণি অদো,

২। লাইবক থীবী ননাইবুদি, চানবীগে নীংবিদ্রবোই
"হা কৃষ্ণ দিনবন্ধু"

অবাবা সমুত্রগী অমুত্তদি কনবীয়ু।।
হা গোবিন্দ ইবুংঙো। ননাইনা নীংজবা অসিবু করম্বা
নুমিত্তা থুংজগবা।

(প্রতাপ চঞ্চলকপা)

প্রতাপ— ইবেম্মা! করিনো, য়াম্না স্না পুক্কীং ঋাবা মতৌ ওইনা থৌগন লাংগন কনাসু য়াওদনা, লৈরম্নিবা অসিবো?

হেমা— ঐগী ঋাদি কোম্না হায়জগে, হকচাং শুম্বীরুদ্রে হায়ববু কয়া কম্না শুম্বীরুদ্রবনো?

প্রতাপ— ইবেম্মা! নপাবুং ইবুংঙোগী স্না থৌগল লম্বীদা শরা ঋারকপগা, মণিপুরদা তৃমদ হিপ্তবগী শরগা, অদুক শরা শুম্মুদবা পোথনি। থোইনা নাগে হায়দুনা তৌবা নত্তে।

হেমা— ছজিক্তি ফবীরেদনা।

প্রতাপ— থোইদোকপা তৌররোই হায়নদি নীংজরে, ঈশ্বরনা করি তম্বীগবা?

হেমা— (নোকফেৎ নোকফেৎ তৌদুনা) অবানা ফারুরে হায়ববু চুম্না?

প্রতাপ— স্নাইবেম্মদি মতৌ করম তৌনা তাবীরম্নিবনো?

হেমা— নাহন পাবুং স্নাখ্যানা তম্বীদনা। চাননা ফাখিরম্বা থোক্রবদি...

প্রতাপ— করি তৌনি ইবেম্মা! ফমগ্রগা ইরাইবক ওইদুনা তোকপা হায়বদুনিদনা। ঐহাক্না শিবা থোক্রবদবু ঐগী তুংদা কনানা শোনবীগদগেনে?

হেমা— মাদুগী, কনাসু ঋাংপা নত্তেদা! উজবা ফংজম্নিবনিনা, উজনিংবরেদা। মণিপুর স্না লৈপাক য়াম্না নীংথিজে হায়বদু উবীরকইনিকো।

প্রতাপ— ইবেম্মা! মণিপুর স্না. লৈপাক্কী নীংথিজবা মতৌবু করি হায়নি। মায়কৈ মরিমত্তা চীংনা ইকোয় কোয়শিল্লগা, চীংথক্তা হাওখুন মচা মচানা পুম্না পুম্না তারিবা, য়েংবদা পুক্কীং হুবগী মশক্কি। তম্পাক অদুদা নীংথিবা উমং মচা মচা অদুম লৈরিবা লৌবুক অচৌবগী মরক মরক্তা খুম্না হৎনা হৎনা তারিবা, উবদা মীৎয়েং হোংবা য়াম্নিবনি। মুম্মালনা অচৌবা

উমংগী মতৌগুম্না ইপাক পাক্না লৈবা, য়ুম্থাল অদুগী ময়ায়দা তুরেল অনীগী মরক্তা স্না কোনুং লৈবা শোরারেনগী অমরাপুর মওংনি। থাঙ্গপাৎ মরোল অনীনা কোয়শিন্নিবা ময়ায়দা স্নাগী মন্দির; নিংথৌ মরোল মরোল পান্নকপগী নিংথি নিংথিবা খূদম্না লৈরিবা হরিধ্বনিনা অহিং নুংথিল নিল থোংলি।

হেমা— ইবুধৌ ইবুংঙোশিংনা পান্নস্নিবা স্না লৈপাকপু ঐগী ইরাইবক থীবা মরম্না উজবা ফংদ্রেকো। করিগুম্বা নুমিত্তা মণিপুরবু অমুক্তা উজবা ফংজগবা।

প্রতাপ— হন্দক নপাবুং স্নাখ্যানা লেঙউরিবদু অবা গুন্নবা লাম্নম শীন্নুরিবনি, হৌজিক তেঙ্গোল পৈখৎপা হৌরে, খরা লৈরগা অবা থেংনবা লেঙলরগনি।

হেমা— স্না থৌগল চৎপিগদ্রা?

প্রতাপ— চৎচনি।

হেমা— হন্দক্কী অসিদা মঙ্গল ওইরক্লবদি নুঙাইখ্রনিদা!

প্রতাপ— শ্রীগোবিন্দগী কৃপাদগী শোয়দনা মঙ্গল ওইগনি নীংঙৈ।

হেমা— পাবুং স্নাখ্যা চেন্নদগী লেঙখৎলম্নগনি। চঙজরম্নগে। (হেমা চঙখিবা)

প্রতাপ— হে সংসার ওম্বোক্না লুখরেদা! পূক্নীং অসি ঙাহাক্তা পোখাফম লৈতেদা! নাহনমখৈ করম তৌনা ঐগী ইবুংঙোগী থৌগল তৌগদগে, ঐগী ইশা অসিনা করম্না কঞ্জগদগে, খঙ্গম্মী। হজিক ঙাইহাক ইবেম্মগী মাঙদা হেক লেপ্নদা পূমকাউ কাউই। হে সংসার! হে রমণি প্রেম! ওম্বোকপা মায়ানিদা। হৌজিক ইবেম্মগা ঐগা নীংনরিবসি থুংনরবদি সংসার অসিদা স্বর্গীয় সুখ হেক মফংইদকো! থুংনদ্রবদি, জীবন অসিগী নুংঙাইবা ফংদনা অসুম মশিবা হায়বদুনিকো। নুপী হায়বা অসিনা পঙবনিনা মহাক্না নীংইবদুনা লোইরে হায়না মখল্লিদো। অসুক য়াম্বা প্রতিবন্ধক লৈরিবসিদি খঙদেদো। প্রতাপ নহাক্তি হন্দকীসিদা, য়াম্না ৱানা জীবন অসি লেনবা তাখ্রেদা।

(চন্দ্রহাস চঙলকপা)

চন্দ্রহাস—(প্রপ প্রপ চঙলক্নুনা) প্রতাপ! নহাকপু স্নাখ্যানা য়াম্না থিরে। হয়েং লান লেঙশিনগনি, হৌজিকমক থৌরাং লোইয়ু হায়ম্না স্না য়াথং তাকপীরি।

প্রতাপ— কররম্বা লাক্লো চন্দ্রহাস?

চন্দ্রহাস—খুডদে, প্রণ প্রণ লাকউ।

প্রতাপ— চথলো, চথলো। (থোকখিবা)

## দ্বিতীয় দৃশ্য— কক্ষ

[নরসিংহ অমসুং গম্ভীরসিংহ]

নরসিংহ—য়াম্বুদ্না তৌজৌ হায়বা স্না য়াথং মতুংইন্না তৌজগনি অজ্জা।

গম্ভীর— হোয়নে, ইনাওতোন। হন্দক মখোয়না হায়রিবসি, ইয়াম্বদি ফগনি হায়না নীংইনে।

নর— ননাইশিংগী সিফাইদা তোংদুনা চঙউ হায়রিব্রা?

গম্ভীর— হোয় মদুনি, ঐখোয়গী মীসু খরা ময়াওগনি।

নর— কৈদৌঙে চঙবীয়ু হঙংলকপনো?

গম্ভীর— অবানা তিলাই চীংদোন্দা তেঙোল শাদুনা লৈরেদো। অসিনা কোম্পানীগীদি ঙম্মখৈ খরা থুনা চঙবীরো হায়রবা পোথনি। ঐখোয়গী সাজোন্দা মঙায়রে য়েংগদবা।

নর— অজ্জা! ঐখোয়না অবা থেংনসি হায়বগী মপাং ওইনা, মৈতেগী তেঙোল অচৌবা অসিসু, লোয়নন্না হেক্তা মচঙবনা মফরগদ্রা।

গম্ভীর— মাদুবু ইনাওতোনবু! হন্দকী অসিমক্তদদি কয়া জুগোৎ চারোইদমাগ্রে। কাছাড়দগী মখোয় অসিবু তাহোকপ্রগা নীংথিনা অমুক মণিপুর যাত্রা তৌবনা ফগাব্রা হায়না নীংই।

নর— স্না য়াথং অসুম ফগনি তাকপীবা অদুমঙাই।

(খুম্নোং চঙলকপা)

খুম্নোং— ননাইবু স্না য়াথং কৌবী হায়ববু কন্নি তাকপীগদবা লৈবনো?

গম্ভীর— হন্দক অবা তেঙ্গোল কাহাড়দা তারকইবসি থেংনবদা ঐখোয়বু পাংউ হায়না কোম্পানীনা হায়রি; অদুনা নহাকপু কৌবনি; অদুগা লান চঙবসু নহাক য়াওবা তারি। নহাক্না খোল্লকপা মীয়াম অসি উবদা য়াম্না নুংঙাইরে। অদুবু মণিপুর উদ্ধারগী পৈরিবা মীয়াম অসি শীন্নরম্ববা মীবু লৈত্রি; করম তৌগদবনো?

নর— ননাই ঐহাক্কী ইন্নাই অমদি লৈ। ননাইদু অঙাংমক ওইরবসু ঙমগনি হায়না নীংজে। ননাই ঐনা থাজবদি মহাক্না মরোইরে, অজা।

খুম্বোং— অঙাংনি হায়রবদি—

গম্ভীর— কনানো, প্রতাপ নথরনে?

নর— অজা ননাইনি।

গম্ভীর— ননাইদুগী মগুণ ইয়াম্বনা থঙই মহাকমুক মতীক চাবা মী অনী গুদে। মী অয়াম্বা পৈরিবসি মহাক্না খোল্লকপনা অয়াম্বনি।

(প্রতাপ চঙলকপা)

প্রতাপ— ননাইবু স্না য়াথং কৌবীববু করি তাকপীগদবা লৈবনো?

নর— হন্দক কোম্পানীনা অবাগা থেংনবদা ঐখোয়বু মতেং পাংউ হায়রি। মরম অদুনা করম তৌসিগে তান্নীংদুনা নহাকপু কৌবনি।

প্রতাপ— য়াম্না ফরে, অজা! মখোয় অসিদি প্রতাপ চাওবিবা কোম্পানীনি। ননাইশিং অসিগা মরুপ ওইরবদি ঐখোয়গী ভবিষ্যত্তা থবক পূন্নমক পাঙবা ঙম্নমগদবনি।

নর— নহাক্তি লান চঙবদি য়াওদবা তারে। ঐখোয়না অবা থেংননবা থৌরাং তৌরিবা পূন্নমক অসি নহাক্না থবক তঙনবা হোৎনরম্বা তারে। চৎলো, চৎলো।

প্রতাপ— অজা! ঈতীক ওইবা থবক্তি থোক্তে, অদুমকপু স্না চরণগী কৃপাদগী ননাই ঐনা ঙমজবা মখৈ হোৎনজরমগনি। (প্রতাপ থোককিবা)

গম্ভীর— ইনাওতোন নহাক্কী ননাইসে; ইয়াম্বদি নুংশিরেদা। মসিদি ঐখোয়গী ইচা ইমাক ওইগদবা মীনিদা।

নর— ননাইসু খঞ্জে, অদুবু তুমন মচা, লুপ্তা মচা ওইরমগদ্রা হায়দুনা খঞ্জানদুনা লৈরে।

(কুমুদ চংলকপা)

গম্ভীর— করি তারে কুমুদ। করম তৌসি হায়বগে?

কুমুদ— অজ্ঞা মৈতৈ তেঙ্গোলগা কোন্নববু কনা লৈহৌরিবনো? মাদু খণ্ডজরগা হল্লখ্চগে।

গম্ভীর— প্রতাপ খনল্লগেনে।

কুমুদ— য়াম্না ফরে অজ্ঞা। ননাইনা নীংবা থুজরে। হৌজিক্তি ননাইনা হঙ্গৎচবা লৌখীগে হায়রবদি, স্নাখ্যা ইবুংঙোনা রিজার্ভতা লৈহৌরগা ননাই খুঘোংনা মায়োক থেংনরিঙেদা, ননাও ইবুংঙোনা নাকন্দগী এটেক তৌবনা ফগনি নীংজে।

নর— করিনো, লখী কাওবা লোইনা হঙ্গৎলুদনা।

কুমুদ— অজ্ঞা। রিজার্ভনা বদরপুরগী নোংচুপ থংবা হৈনৌ ময়াম মরক্তা লৈবদা ফগনি স্নাখ্যাগা লোয়ননা। অদুগা মনাও ইবুংঙোনা বদরপুরগী খুল্লক ফাওদোক্লনা বরাক খোঙনুং লাক্লগা সিদ্ধেশ্বরগী মন্দির ময়াদা লৈবা; খুঘোংগী খুৎপুনা রিজার্ভতগী খাইদুনা মমায় অরাং পাংনা চীং হাইগৎলকপদা টিলাইন মতোন্দা লৈরিবা অবা লাম্খীনা, কারকইবা মৈতে লাম্খীবু থিংগে হোৎনরকপগী মমায় মখা ওনত্রিঙেদা, মনাও ইবুংঙোনা সিদ্ধেশ্বরগী মনাক্তা লৈরিবা সিফাইগা লোয়ননা এটেক তৌবনা ফগনি নীংজে।

নর— ঐহাক্না য়াম্না পাম্বমক হেক থোক্রে। য়াম্বুং ইবুংঙোনা করম্বা তাকপী-থিগদগে?

গম্ভীর— ইয়াম্বগীদি ইনাওনা হায়রগা লোইরে, ঐহাক্না করিমুক হায়গদগে।

(গোর্খা সিফাই অমা চংলকপা)

গম্ভীর— আর্দালী। কুছ খবর হৈঁ।

সিফাহী—(চিঠি অমা পীবা সলাম তৌবা)

গম্ভীর— (চিঠি পারগা) ইনাও ইবুংঙো। কোম্পানী বাহাদুরগী কর্ণেল সাহেবনা, লান চঙবীগদবা লৈরবদি, গুলিমক পুং ১০ তাবা কান্দা চঙবীরো; অরাশিংনো শ্রীহট্টগী গুমখৈ য়ৌরক্লবদি য়াম্না খুদোং চাররোই হায়রকই। মতৌ করম তৌসি হায়রবগে?

নর— স্না য়াথং তাকপীবা অদুমগুই, অসুম তৌসি হায়বা স্না য়াথং ইজ্জগনি।

গম্ভীর— য়াম্না ফরে ইবুংঙো। আর্দালী। কর্ণেল সাহেবকা পাস সলাম দেও হম সব কোই তৈয়ার হৈঃ আজ ১০ বাজে মে রাওনা করেঙ্গে। (সিফাই সলাম তৌদুনা থোকখিবা)

অদুদি ইনাও ইবুংঙো য়ুম্লোমদা য়ৌরুখিগদ্রা?

নর— ননাই ঐহাক্তি নহান্না যাত্রা তৌজরবনি।

গম্ভীর— য়াম্না ফরে ইবুংঙো! ননাইশিং থৌগল তৌগদবা পুম্বদা থৌরাং পুম্বা তাকপীখরো; খুম্বোং। থবক পুন্নমক লোইরো সাহেবনা নোংমৈ ৫০০ গা গুলিগা পীরকপনা হান্নগনি। লানফমদা চঙগদবা মী পুন্নমক, মাগী মাগী খুৎশু-খুৎলাই, লানগী হৌনবী নীয়ম পুম্বা হান্নবা তম্বীহৌফম থোকই।

(পুন্নমক থোকখিবা)

## তৃতীয় দৃশ্য— লম্মাং

[মৈতৈ লাম্মীনা ঈশৈ শক্নুনা চঙলকপা]

[মৈতৈ লাম্মীগী ঈশৈ]

চৎলু চৎলু মৈতৈ পুন্নমক মাতৃভূমিনা কৌরি ঐখোয়বু।
মণিপুরবু অবানা নৈবা পাউ অসি তারে ঐখোয়না,
মচা নম্ভনা মমাগী অরাবা কনানা কোকহনবা গুমগদগেনে:
পুন্নমক তিন্নদুনা হায়মুকো, শিগে ঐখোয় ইমা নহাক্কী।।

(পদ্মাবতী অমসুং নুপীময়াম্না ঈশৈ শক্নুনা চঙলকপা)

[বসন্ত বাহার— একতাল]

হৌগথলো হৌগথলো মৈতৈশা, করিগী লৈরিবা তুমদুনা।
পোক্লকম ইমা মণিপুরবু অবানা তাথীনা লৈরেনে।
মচা ঐখোয় লৈরিঙৈদা, ইমাবু লাক্লবা মতীক লৈবরা!
লৈরনু তুমদুনা অশিবগী পান্দমগুম থাগথলো উৎসাহ মৈ।।
গুল্লগা অবা তানখাইদুনা কল্লসি পোক্লকম মাবু
ওমদবা থোক্লগা থারুসি থবায়, ইমাগীদমক।।

পদ্মাবতী— মৈতৈ অকল-অথৌ অপুম্বা। নখোয় পুন্নমক মাতৃভূমি উদ্ধারগীদমক তিল্লিবা য়াম্না নুংঙাইরে। নখোয় পুন্নমক অরেদো অবানা মৈতৈ নৈকগী পাউ, করি হায়নি— অঙাংবু মমাগী মথাদগী মুন্দুনা হাইহৎপা, হনুবী হনুবা অশোন অনা পুন্নমকপু খোল্লগা য়ুম অচৌবা অমগী মনুংদা থোঙ মনীং মমাঙ লোন্দুনা ইমুংদা মোয়োক থাদুনা লাক্লবা, মী চনী চহম্বু মনাদা য়াইরীনা লেংলেগা শা-ম্বন হোইবগুম হোইবা। নুপী কুমারীবু সতীত্ব নাশ তৌবা। লাম্মী ফারগা শুন্দ হনগৎলগা তারকপদা তাদোম্না গুজুনা হাৎপা। মরম অসিনা, বীর পুন্নমক ঐগী স্বজাতীবু অসি য়ৌনা বিধর্মী অবানা নৈরবদা ঐখোয়না অসিদা নুংঙাইনা লৈরিবসি চুমদ্রে। ওম্মে অবাবু তাহোক্তুনা মাতৃভূমি উদ্ধার তৌক্লসি ওমদবা থোক্লে নখোয় অতৈনা বারিবদু ঐখোয়সু শরুক য়ারুসি। মৈতৈ হায়বা জাতী, ঐখোয়বু অচম্না? অকনবা চিত্রসেন, বভ্রুবাহন, খম্বা পোকখ্রিবনি; সতীদা চিত্রাঙ্গদা, থোইবী পোকখ্রিবা জাতী নৎত্রা? মরোল অহম্মক জয় তৌরবা অর্জ্জুনদসু মণিপুরদা ময়াই চমখ্রিবনি। অসিগুম্বা জাতীদা পোক্লগা, হুজিকফাওবা ঐখোয়না তুমিন্না লৈবসি চুমদ্রে। নখোয়গী নবুংঙো লৈতে হায়দুনা নখোয়গী নপুক হনবা তৌগনু। নবুংঙোনা হন্দক চঙখিবা ল্যান অসিদা করিগুম্বা ফত্ত-নুংদ থোক্লবসু ঐহাক্না ইবুংঙোগী য়ৎহৎ শিন্দুনা নখোয় পুন্নমক্না লোয়ননা অরা থেংনরগা,

ইবুংঙোনা মতীক চাদবা মনাই থনমদে হায়বা জগৎপু উইহল্লগে। হন্দক ঐগী ইবুংঙোনা লান চত্তরিবসিদি শিরক্তবা লাই খুরুম্বীগনু, মায় ওন্দুনা চেল্লক্তবদা খুরুম্বীয়ু।

গোকুল শর্মা— থন্যনিদা ইবেম্মা। নহাক্কুম্বী নুপী পোক্লবা জাতীনা তোল্লা লৈবা হৌনরদো। ঐখোয় পুন্নমক প্রতিজ্ঞা তৌরম্নবনি। ঐখোয় য়ুমদা অমুক হন্নবা তৌররোই। ইবুংঙো য়াওরে অদু মঙায়রে, য়াওদ্রে অদু মঙায়রে। ঐখোয়না ওম্মে অবা তাহোকে, ওমদ্রে মখোয়গী থাঙ ময়াদা শিরগে।

পদ্মা— নুঙাইরে, বীর পুন্নমক। হৌজিক ঐহাক চৎলগে। ঐখোয়সু নখোয়গী নতুং ইনবা ওম্নবা হায়দুনা মী খোম্মী ঐখোয় নুপী ৫০০ (চামঙা) ওরে। ঐখোয়সু নখোয়গী নতুং ইন্দুনা শিবা হায়না লেপ্নরে।
"জয় মাতৃভূমিনা জয় ওইরি।"

(পদ্মাবতী, নুপী ময়াম থোকখিবা)

গোকুল শর্মা— য়েংউদো ইচিন ইনাওখোয় অবস্থাসি, অসিদবু ঐখোয়না থৌদাবা য়ারিবা পোৎলসে। ওসি হায়বা নুমিৎ অসিদগী, ঐহাক্তি বাশক্তুনা হায়রিবসিনি— মণিপুর উদ্ধার তৌদ্রিমখৈ, চরা নামতা মচারনি।

চন্দ্রহাস—স্বাপুর য়ুগতগী হৌজিক ফাওবা তঙনা মমিং ফাওরক্রিবা মণিপুরনি। অদুবু করিসু লৈত্রবা অবানা নৈরে হায়বসি ঐখোয়না নহানমখৈ তাদদুনা তৌখনি। হন্দক্তি, অবাবু শয়োম শয়োম খোল্লগা, চঙনা ওবোং খাউদা নমদুনা লুবাংলি তুরেল অঈংবদা থাদদুনা হাৎলগা মখোয়গী দোষগী প্রায়শ্চিত্ত তৌরুসি। করিগী তৃমিল্লা লৈরিবা, মৈতৈ অকনবশা।

প্রতাপ— চীংবুরোই তম্বুরোই ওমদুনা অবা তেঙোল অচৌবা থুগায়দুনা গরীবনিবাজ মহারাজনা শেমজরম্বা লৈপাক্লি। অদুবু করিসু লৈত্রবা অবানা ইলায় লায়না থুগায় হায়বা লাকচৈদা। হন্দক্কী ঐগী থাঙ অসিগী ময়াদা অবা কয়া শিগদবাৎ থাঙ অসিনা ময়া কুমত্রিবফাওবা অবা করুগা ময়া অমুক থাংদুনা করুবগী তুংদো, কবাক থাঙদা ইম্পাৎ পক্ত্রে হায়বা, ইমাম্নবদা উইহনগে। করিগী তৃমিল্লা লৈরিবা মৈতৈ অকনবশা।

গোকুল শর্ম্মা— ওক্রে মৈতৈ অকন্‌ অথৌ পুন্নমক। হৌজিক্তি ঐখোয় পুন্নমক্তী পুক্নীং খণ্ডনরে। ঐখোয় পুন্নমক থরাক মপান্দা লান তম্মুসি।

[ময়াম্না ঈশে]

চৎলু চৎলু মৈতৈ পুন্নমক মাতৃভূমিনা কৌরি ঐখোয়বু
মণিপুরবু অবান্দা নৈবা পাউ অসে তারে ঐখোয়না।।
মচা নগুনা মমাগী অরাবা কন্নানা কোকহনবা ওমগদগে।
পুন্নমক তিন্নদুনা হায়য়ুকো শিরে ঐখোয় ইমা নহাক্তী।।

(ঈশে শক্তুনা থোকখিবা)

## চতুর্থ দৃশ্য— লানফম

[গম্ভীরসিংহনা চীংখোঙদা]

গম্ভীরসিংহ— ইনাওতোন্না থরাক মপান্নোমদগী তকশিনবা অসিদা ওসিগী লান অসিগী অগুম ওমদা লৈরেসে। খুম্বোংনা মায়োক্নদা থেংনরিবা অসিদা পুং ২ রোমদা খাঙবা ওন্নবদি ইনাওতোন্না টিলাইনগী চীংদোন য়ৌবনা হাল্লগনি; ইনাওতোন্না চীংদোনবু য়ৌগ্রবদি মখোয় অনীদি ওায়োক্ত চফুদগী ওা ফ্লবগুম ফারগদবা ওাক্লিসে। হা গোবিন্দ ওসিগী লান অসিদা ঐখোয়গী ইরাইবক্তা করি তম্মিগবা (নোংমৈ মখোল)। হিঃ বম তোপকী মখোলদি তত্তনা তারে অদুবু ঐখোয়রোমগীনা ওইরিগদ্রা, মীগীরোমগীনা ওইরিগদ্রা খণ্ডদ্রেদকো। ওসি নুমিৎ অসিগী য়েংউরবদি মোগীনি মায়কৈসু ঐখোয়সু কৈ, অদুগা নোংদোন অতিয়াগী হৌনবী লৈচিন য়েংবদসু ঐখোয়না শোয়দনা লান জয় ওইগনিসে। ঐখোয়না লান চাবা চৎখিবশিং অদুসু সুম্নাক লাক্কেদা। মখোয়বু য়েংবা লাকপদা; ঐহাক্না পুরিবা রিজার্ভতগীসু ফনা

য়াম্না লাম্লক্লেসে। এঃ এঃ মনদি লাক্লবোইনা, (মন চঞ্চলকপা)
মন! করম তৌরি লানবু?

মন— অঙ্গা! অসোমদা লেঙথোকপিবনা যগনি। য়াম্না লাপনা লেঙলক্লেদা?
লান ঐখোয়গীদা য়াম্না ফরি।

গম্ভীর— ঐহাক লৈবা গুমদ্রদুনা লাক্লবনি।

মন— মরু য়ৌরকপা য়াই, লেঙবীরক্লো। রিজার্ভ য়ৌরগা বা পুম্নমক হুঙ্গথচগে।
ইনক নরা অসিবাইদা লান থেংনরিপোৎনি।
("জয় জয় দুর্গামায়কী জয়")
এঃ লেঙবীরক্লো, য়াম্না নক্লেনে। (অনীমক থোকখিবা)

খুম্বোং— (সিফাই খরগা চঞ্চলকপা) হায়নবা মতম য়ৌরে তাদা কুমুদ কম্না এটেক তৌশিল্লু। তোপ পুশিল্লকউ। (কুমুদ থোকখিবা, বিনোদনা তোপ পুরক্তুনা কাপ্পা)

বিনোদ— খুম্বোং কুমুদকী অসোমদা মী খরা থোমজিল্লু।

খুম্বোং— তাদনা মফম অসিদা পুবীহৌরো ঐ ওয়রোমগী এটেক তৌরুরগে। (থোকখিবা)

বিনোদ— কুমুদনা য়েৎলোমদা, খুম্বোংনো ওয়রোমদা এটেক তৌরকপদা মায়কৈ অনী অসি অবাগী তেঙ্গোল অসি খরা কায়নরেসে। তাঙ্গা অসিদা তোপ কাপহৌরবদি মতা য়াম্না চাবা তারে।

(তোপ কাপ্পা)

# পঞ্চম দৃশ্য— চীংগী কিল্লা

(নরসিংহনা সিপাই খরগা সর্দারগা লোয়নদুনা চঙলকপা)

নরসিংহ— য়েংউ, চীংয়ায়দা লান তৌরিবা অসিবু ঐখোয়রোম্না খরা ফরিমাম্লেকো।

গোকুল শর্ম্মা— অস্তা। ঐখোয়রোম্না খরা ফরিমাম্লে।

নর— য়াম্বুংগী মনাই খুম্বোংসিদি ঙসিদা খঙইদ্রে, য়াম্না থৌখরেনা। মহাক্কী মপান্দগীনিদোসে ঐখোয়না ঙসি অবা ঙমজগদৌরিবসি। হৌজিক্তি নখোয় পুন্নমক য়াম্না হঁসিরার তৌরো। অবাগী লানবন অচৌবা য়ৌরেলোসে, টিলাইন চীংদোন্দগী কিল্লাসিগী মনুংদা মখোয়গী সেনাপতি লৈরিবনি, মহাক্না থেংনরগা লোইরে।

(হুইশল খোংদুনা প্রিপেয়ার টুরস তৌদুনা চঙশিনবা, হরা লাউদুনা চার্জ্জ তৌশিনবা; তোপ কাপ্তুনা কিলা থুগায়বা, অবা ময়াম শিবা, অবা সেনাপতি চোংথোকপা)

অবা সেনাপতি— অচ্চা। নখোয়দি হুরান লাম্না তৌরিবোইরে। অদুন্না লান তৌববু অকনবগী মতৌরা খঙগনিদো।

নর— তাউ সেনাপতি; মসি হুরান লাম্না কৌদবনি। ঐহাক্না চঙলকইবসি লান লেপ্লিঙেদা চঙলকপা নত্তে। অদুগা নখোয়না তুম্মীঙেদা চঙলকপসু নত্তে। নুংথিল পোবোপ্তা লান য়াম্না কন্না থেংনরিঙেদা চঙলকতুনা কিল্লা পায়রবসিদি রণবীরগী রণ কৌশলনি, খঙউ।

অবা সেনাপতি— হৌজিক ঐহাক্না পুরিবা পনবু নহাক্না লৌনি হায়দুনা লাকপদি নহাক্তি ঙমগনি হায়না নীংবরা? ওহোকপনি মফম নত্তনা চঙলক্তুনা নথবায় মাঙবা তারেদকো। শিরমদাইদা অমুক্তং থৌই হায়বদু অসি ওইরে।

নর— অবা সেনাপতি। কান্নরোই খুৎলাই পায়য়ু। অঙাং মশেল লান তৌবদা

ঙাঙনবা বা অদুবু নহাক্না ঐঙোন্দা হায়রেদকো। ঐনা লাক্লিবা অসিং চীন্না অমসুং বাখন্না বিচার তৌনসি হায়দুনা লাকপা নত্তে। থাঙনা বায়েন্নসি হায়দুনা লাকপনি; থাঙ পায়য়ু।

(সেনাপতিনা পিস্তোল কাপকে তৌবদা নরনা খুদাং পায়দুনা হাইহৎপদা পিস্তোল শুন্দা কাপথোকখিবা অনীমক মল তৌবা, নরনা ঙম্বা)

নর— সেনাপতি নহাকপু মফম অসিদা হাৎনীংদে। নহাকপু ঙম্নবদি মণিপুরদা হাৎকে নীংঈ।

(মৈতৈ সিপাহীনা অবা সেনাপতি পুনগে তৌবদা অবা সিপাহী চঙলকপা, মৈতৈ সিপাহীগা লান তৌনরকপদা সাহেব অমনা সিপাহী পুদুনা লান পাংবা, অবা ময়াম কায়দুনা চেনবা।)

সাহেব— রাজা সাহেব! খুম্বোংনা পুবা লমদসু জয় ওইরে, অবা তেঙ্গোল কায়রে। অসিদসু কায়রে অদুনা ঐখোয় মখোয়গী মতুং ইনবা পীসি। মণিপুরদগী লাকপগা অসিদগী চেনখিবগা লক্ষ্মীপুরদা তেঙ্গোল শারে হায়রোদা।

নর— ফরে সাহেব! চৎলসি য়াম্বুংদি হঙ্গৎলব্রা?

সাহেব— রাজা গম্ভীরসিংহসু রিজার্ভতগী লাক্নুনা লান য়াওরে।

নর— ফরে ফরে সাহেব! অদু ওইরবদি য়াম্বুং খুরুম্মুসি। (পুন্নমক থোকখিবা)

## ষষ্ঠ দৃশ্য— লম্পাক

[মৈতৈ সিফাই খরা বিনোদনা চিংদুনা অবা সেনাপতি, সর্দার অমসুং সিফাই ময়াম্বু বন্দি তৌদুনা পুরকপা]

বিনোদ— ইবুংঙোবু! মখোয় অসি পরেং শানা পুন্দুনা লেপহল্লগা নোংমৈনা থিংকাপ কাপ্পুনা হাৎসিনা।

কুমুদ— নত্তে, মখোয় অসি ইহান হানবদা মমিং কোৎথোকসি অদুগী তুংদা হুই

থৌজিন্দুনা চিকহল্লসি।

চন্দ্রহাস— নত্তেদা, মখোয় অসি শুন্দা হায়িহৎলগা তাদোন্না য়াদুনা হাৎলিদা।মখোয়না ঐখোয়গী জাৎপুসু মাদুম তৌনা মণিপুরদা হাৎলি হায়না তাই।

গোকুল শর্ম্মা— মখোয়দি মৈতৈ অশোল অনা ময়াম ইমুংদা মোরোক থারগা হাৎলি। মাদুম তৌনা হেক মহাৎসিন্না করি তৌরগে। লক্ষীপুরগী মাগুব অচৌবা অসি অবা ৪০০ (চামরি) রোমদি চনগনি, মোরোকসু কৈথেল নুমিত্তা হেক মফংবা পোৎনি।

খুম্বোং— নত্তে, হাৎলবদি লানগী মীহাৎ হাংকনি। পরেং অমদা মী তরেৎ তরেৎ (৭/৭), নিপাল নিপাল (৮/৮) লেপহল্লগা গুলি অমনা থিংকাপ থিংকাপ কাপ্পুনা হাৎসি।

(খুম্বোংগী মতুংইন্না অবা লেপহনবা অদুগা নোংমৈ চিংবা, মতম অদুদা গম্ভীরসিংনা ইফিং ফিংনা চঞ্চলকপা)

গম্ভীর— করিনো খুম্বোং! মণিপুরগী ক্ষেত্রিয় কুলদা পোক্লগা অদুক য়াম্না হীন ওইহ্রবা থবকপু তৌবা হৌনরা? লান্দা মমায় থীরে, খুৎলাই অমুক পীদুনা অমুক থেংনৌ অদু নৎত্রগা মহাক্কী য়েক্লবা তিংখং লৈতবা লম ফাওবা থিনবীয়ু নৎত্রগা মায়োক লান্দা মহাকপু হাৎলুনা। মদুদি নত্তনা নখোয়না তৌরম্লিবসি য়াম্না চুমদবা থবক্নি। হন্দকমুক্তি তৌরে মতুংদদি অসুম্না খক তৌগনুকো। সেনাপতি সর্দ্দার নখোয় শাওগনুকো। নখোয় ঐহাক্লা থাদোক্লবনি, নখোয়না চৎনীংবা মফমদা চৎপা য়ারনি। অদুগা নখোয়না চাল্লবদি মণিপুরদা লৈরম্মু। ঐখোয়সু মণিপুর উদ্ধার তৌবা লাক্কনি।নখোয় লৈরমদ্রবদি মণিপুর উদ্ধার তৌই হায়বগী করি অমত্তা নুংঙাইবা লৈরোই। নখোয়গী নথুত্তগী মণিপুর লৌরবদত্তা, ঐখোয়গী নীংবা থুংগদবনিদো।

অবা সেনাপতি— রাজকুমার নহাক্কী নগুণ অসি ঐহাক্লা উরিবা শুসিংগা ৩ লক শুরে। নহাক অসি মী নত্তে লাইগী অবতারনি। নহাক্কী বীরত্বদা মহাক্তা লৈতেংবা উবদা ঐহাক মুক্লে। মরম অসিনা নহাক্কুম্বা বীর পুরুষনা মণিপুর উদ্ধার তৌগে নীংলবদা তৌদকম লৈতে। অদুনা করি তৌরুনি লান তৌরুদুনা।

লাউ, ঐখোয়গা চৎলসি, মণিপুর রাজ সিংহাসন কৎলমলগে। ঐখোয়সু অবা তেঙ্গোল অচৌবা পুন্দুনা হনখিগে।

গম্ভীর— য়াম্না নুংঙাইরে, অবা অথৌবা। নহাক্কী নবা তাবদা; তৌইগুম্বসু গম্ভীর-সিংহনা কদৌঙেদসু মীনা চানবীদুনা মাতৃভূমি পীবদি লৌরোই। করি তৌনি— ওসি নহাক্কা পীরম্‌গনি ঐহাক্কী ইপাম্বোম্না ওম্বদি নত্তবনিনা নহাক্কুম্বা অমনা মপূকতা উশিত্তুনা লান তারকনি। জগৎ অসিদা ইশানা তানবা লন নত্তনা স্থায়ী ওইবা নত্তে। অসি পুন্নমক্কী মথক্তা, মাতৃভূমি হায়রবা অসি ইপাম্বোম্না উদ্ধার তৌগে হায়বসি চপ য়ুংনা লেপ্লে। মরম অসিনা, নখোয় মণিপুরদা লৈরম্মু, নখোয়বু ইপাম্বোমগী পাঙ্গলনা মাতৃভূমি উদ্ধার তৌরগা মণিপুরদা নুংঙাইনা পানগে। নখোয়না হায়বা য়াদে হায়দুনা সেনাপতি শাউবা তৌগনুকো নখোয়সু চীং কাপ্লো ঐখোয়সু হল্লগে। (পুন্নমক থোকখিবা)

## চতুর্থ অঙ্ক

### প্রথম দৃশ্য— কক্ষ

পদ্মাবতী— খণ্ডব্রেদকো তৌরিবসে, স্নাখ্যানসু স্না পূরক্লীং ইরাং লাণ্ডদুনতা লৈ, হেমাসু নোংমা নোংমগী অসুম অসুম চাউশিন্নক্রে। পীগনি হায়না লেপ্পরিবা নিপা অসিবু মহাক্লদি মপূক্লীং কয়া য়ানীংদমাক্রে।

নর— সিজ ঐগী পুগদবা পোং-চৈ শুরবরা; ঐখোয় হংচিং যাত্রা তৌবা তারে। নহাক য়ান্না লৌসিং তাউকো নংত্রবদি ইচাশিং অসি অমতা মী ওইররোই। ঐহাক্লা হন্দক চংলিবসি গুম্মে মণিপুরদা পানগ্রগে, গুমত্রে থবায় থাগে হায়দুনা চগুলবনি। হন্দক্কী অসিদা থবায় হিংলরা, তৌইগুব্বসুং মণিপুর উদ্ধার তৌবা গুমদবা থোক্লবদি গুমত্রিমখৈ ঐহাক ঘুমদা হল্লকপা তৌররোইদবনি। মসি হায়দুনসু নহাক্লা নপূক্লীং বারল্ু। হন্দক ঐখোয়না চংলিবসি কোম্পানী বাহাদুরনা খুৎলাই অমসুং লুপা মদৎ তৌরবা পোংনি। মখোয়সি পৃথিবীদা ফাওরিবা জাৎনি, মখোয়না মদৎ তৌরবদা থোইদোক্লা শোয়গনি হায়না নীংগনু। অদুমকপু নিপামচা ঐখোয়গীদি কোন্থোঙ বাংমো

লানথ্রবদা খণ্ডবা ভম্বা নত্তে। অদুনা চৎথ্রিঙৈ অসিদা লোইবা য়াবমখৈ লোইরগ্নগে। হেমাসু খজিক চাউশিন্নক্রে নিঙোলনা মপামদা চাউনা লৈরবদা ফজবা নত্তে, অদুনা খজিক মীনোক চত্থ্রিঙৈ অসিদা মাগী মফম অমতং খণ্ডহল্লগ্নগে। ইচা থাজবা হায়বসি ঐখোয় অনীনা য়ারগা লোইরে। ঙসিদি নুমিৎসু যৈ চন্দ্রহাসদা কন্যা হেক্তা কৎলগ্নগে হায়ববু নঙনা করি হায়বগে?

পদ্মা— (স্বঃগত) খণ্ডব্রেদকো হা গোবিন্দ করি হায়না খুমসিগে। লেশুঙমদাইসিদা স্না পুক্লীংসু খাহ্মীংদে, মসিদা য়ারে ইচানা শিগে হায়গনি। হোই হায়দুনা য়াব্লরগা ইচানা অমুক বেরা তৌদুনা খাহ্নবগী শরুকপুদি ঐনা তাকথোক-হৌবনা ফগদবোইনা।

নর— করিনো নহাক্না তূমীন্না লৈরিবদে। নপুক্লীং য়ানীংব্রব্রনে, য়ানীংব্রগা হায়য়ু কৈদৌবগে।

পদ্মা— স্নাখ্যানা তাকপিবদা ননাইনা করি য়ানীংদবা লৈগদগে। অদুবু নচা ইবেম্মগী মপুক্লীং খণ্ডদনা তৌবদুক থোকব্রা হায়দুনা ননাইনা খঞ্জবা পোৎনি।

নর— করিনো অতো ইচাগী পুক্লীং হায়বদে? হিন্দু ঐখোয়গীদি মপা মমানা পীরগা লোইরেনা।

পদ্মা— অজ্ঞা। ননাই ঐহাক নুপী ওইরবসু স্নাখ্যানা মমাঙঙৈদা স্নায়াথং শাস্ত্রী বা তাকপিখিবা কাউজত্রি। নহা ওইনা থাজবদি মপা মমানা থাজগনি অদুগা জ্ঞান তারবা মতমদদি মশানা খঞ্জবনা যৈ হায়বীখিবদুনা ফগদমাক্লে খঞ্জে। মসিবু গন্ধর্ব্ব বিবাহ কৌই মহৈসু য়ান্না চাউই হায়না স্নায়াথং তাকপিখি।

নর— নহাক্না হায়রিবসিবু হেমাবু মপুক্লীং লেপ্লিবরনে?

পদ্মা— অদুম হায়না মমান্নবশিংনো ঙাঙনবা তাজে। চন্দ্রহাসবুদি মহাক্না য়ান্না নুংশিখিদ্রমাক্লে।

নর— মী অদুদি কনানো নঙ খঙব্রা?

পদ্মা— (স্বঃগত) হায়দবদি য়াদ্রেদকো, ঙাহাক্তা থানদ্রিবা ননাইনি হায়ব্লরগা করম্বা অকায়বা লাকবা হায়দবদি য়াদ্রে। (প্রকাশ্য) অজ্ঞা ননাই প্রত্তাপনি।

নর— (স্বঃগত) ফদি যৈদা নহাসে, ঐগী পুক্লীংদসু মহাকপু য়ান্না পামই। ঐগী

ইচা ইবেম্মনা খঙ্গবসিসু থোইদোক্না কত্তবদি থোক্তেদনা। অদুগা ঐগী নুপীনা গুসি হায়রিবা অপাম নুংশি খঙলবা মীদদি মশানা খঙ্গবনা হেন্না ফৈ হায়বসি চুমইদা, ফবমক্তি জ্ঞান য়াঙ্গা তাহল্লগা মশা মশা য়ানজদুনা লৌন লৈনবা হায়বদুগা মান্নবদি কদায়দগী ফংগদগেদো। অদুগা প্রতাপ অসিবু তৃমন-লুপ্পা মচা ওইরমগম্রা অসিতদি বায়দা। মানা অদুবু ওইরম্নবদা ঐগী ইচানা পোকই হায়দুনসু গুথাং ৩ দি মাংলনিদো (প্রকাশ্য) অদুদি অতো, হন্দক্তি থোক্লেদনা নহাক্না তৌহৌবা হায়বদু মত্তায়রে। আঃ মাতৃভূমি মণিপুর নহাকপু করম্বা কান্দা উদ্ধার তৌরগবা। (প্রস্থান)

পদ্মা— স্নাথ্যাগী স্নাপূক্লীং থোইনা নুঙাইতবদি উদেদনা। কমদৌনি জীবন অসিনা তিন্নরুগদবা পোত্ত মশানা য়াদবা মফমদা করিগী পীরুগদগে। জীবন অসিনা তিন্নগদবা হায়ববু মপুরোইবা হায়বসিতনি। মশানা য়াদবা মীদা পীগদবগী শরুকপুদি জীবন অসিমা অসুম লৈজসনু। মানা খঙ্গবা অসিসু ঐখোয়না লেপ্পল্লিবা অসিদগীদি হেন্না ফৈ। (প্রস্থান)

নর— (চঙলকপা চে অমা পায়দুনা) ঐনা অসোমদা হাইথরক্নুনা লমাংদোং তাবা, য়াম্মুংনা অসোমদগী লাক্নুনা চুম্না হেক মচঙখিবা। অসোমদগীসিদা খুম্বোংনা পরীং লাক্নুনা লাংথবান য়ৌবা গুল্লবদি, মাবু থিংবা হোৎনবা কোনুংগী লাম্নী ময়াম কোনুং থাদোক্নুনা লান শোক্লরিঙেদা ঐনা অসোমদা অসুম চঙদুনা থেল্লরবদি কোনুংদি মী হাঙবা তারে। হাঙলিবা মরক অসিদা য়াম্মুংনা চুম্না চঙদুনা কোনুং পায়রগা লোইরেদনা। ফরে ফরে।

প্রতাপ— (চঙলক্নুনা) থবক লোইরে অজ্ঞা।

নর— হী য়াই য়াওরব্রা?

প্রতাপ— য়াওরে অজ্ঞা।

নর— কদায় মালাদু পুথোরকউ। (মালা পীবা)

(অনীমক থোকখিবা)

## দ্বিতীয় দৃশ্য— দরবার

মণিপুর নিংথৌ— মন্ত্রেদা তৌরিবসে। কোম্পানীগা মান্নদুনা ইচাশিংনা লাক্লিবসি থিংবা থোক্রে, মণিপুর উদ্ধার তৌবা ঙমদবা তারে। অদুগা থিংদবা থোক্রে, নিংথৌ ওইদবা তারে। নিংথৌ ওইসিরা নথক্রগা লৈপাক কনসিরা? অদুমকপু দেবেন্দ্রগী পাউ তারগা লেম্না হায়বদু মঙায়রে।

(প্রেমানন্দ চঙলকপা)

প্রেমানন্দ— অজ্ঞা, নজাইবেস্মগী হন্দক্কী নমাক ইবুংঙোসিদি ওহ্নোক্না চঙখোল্লিদা, মহাক্কী মশাদা ইবাৎ বাঙ্ভে।

নিংথৌ— (স্বঃগত) ওহ্নোকপনিদা 'হে মৈতে চিরোম্না মাঙ থানা লাকইদা। নিংথৌ ঐখোয়বু য়াম্না পঙবনি খল্লিবোইকো পঙশিন্নবতনি লোইনা খঙলির্বনি। (প্রকাশ্য) করম তৌই।

চৈতৈন্য— ঙরাং ঈশৈ শক্লববু মখোন্না কয়া ফগ্রে।

প্রেমানন্দ— ঈশৈদা নত্তে ননাই পুংসু য়াম্না ফৈনে।

চৈতৈন্য— লিংজেনসু থাথাগী মীরনে। (চৈতৈন্য প্রস্থান)

(মন্ত্রী চঙলকপা)

নিংথৌ— করিনো ইপু নহাকপু লু লূকথদুনা য়াম্না চিন্তা তৌনা লাকপদে?

মন্ত্রী— অজ্ঞা! লানবু সঙাইথেল তারক্রে হায়না পাউ লাক্রে। সেনাপতি দেবেন্দ্রসু অসোমদা চঙগ্রে। মচিল মনাও অহুম তিন্নখ্রে হায়না তারে।

নিংথৌ— অদুদি ইপু কম তৌসি হায়বগে? ইরোইশেনবদা পল অমতং শাসি হায়রিব্রা?

মন্ত্রী— সনা য়াথং মতুং ইন্না তৌজগনি অজ্ঞা। অদুদা অরুববু ইপু ইনাই ঐখোয়গী মীবু ইরে লৈতে কম তৌগদবনো খঙজদ্রে। ননাই ঐগী মততি হন্দোকপনা ফগত্রা হায়না নীংই।

নিংথৌ— খণ্ডলে মন্ত্রী হজিক অসিদা ঐগী মী লৈবা হৌনদে ঐনা ইপান করিঙে, ঐনা মী শেম্বীবা ঙম্মিঙেদদি ঐগী মী তাক্তা ওইরম্মিদো, হজিক্তি ঐগী হায়বা মী অমত্তা ঊদ্রিব্রে।

মন্ত্রী— ননাই ঐহাক মুম অমুত্তা কুমজরগে।

নিংথৌ— খণ্ডলে ইপু, কুমউ। (প্রস্থান)

(চৈতৈন্য চণ্ডলকপা)

চৈতৈন্য— অজ্ঞা! লোয়শঙ পুম্নমক অসি মী অমত্তা লৈত্রে, কোনুং অসি মী তাক্রে। কোনুং মপান থোক্কুনা য়েংবদা কোনুংলোমদা মায় ওম্নকপা মী লৈত্রে ওহ্নোকখিবদা মন্তাররে।

নিংথৌ— শঙ্গাইশঙগী ঐগী ইনাই গোপাল, ওলাপথোয়দি কদায়দা চংখরে ইউ উদেনা।

চৈতৈন্য— অজ্ঞা মথোয়দি শ্রীবুৎকী শেল-থুম পুম্নমক হুদুনা পুখরে, চেনখরে।

নিংথৌ— ওহ্নোকপনিদা ঐনা চান্না থম্বা ইনাইনিকো। মথোয় ফাওবা লোম্না চেনখ্রবোইরে।

চৈতৈন্য— অজ্ঞা ননাই ঐহাক কম তৌরিবগে অমুত্তা য়েংজরগে। (প্রস্থান)

নিংথৌ— থৈ খণ্ডলে; নহাকসু চেম্নবা পোৎনি, ওহ্নোকপনিদা হে মৈতৈ, ঐনা ইপান ফরিঙেদদি শ্রীযুৎকী ননাইনি হায়বা বাহে অসিনা ইনাকোংদা অহিং নুংথিল নিম্নমই। নিংথৌ ঐনা অমুত্তা চিক্না লৈজগে হায়বা ফাওবদা ফংলমদে। হজিক্তি মতম অসিদা করি হায়নি, ইনাক্তা মী অমত্তা ফাওবা উরক্ত্রে। খণ্ডলে নহানমখে নথোয়না তৌরিবসি ঐঙোন্দগী লৌথোকে; চাথোকেতা হায়দুনা তৌরম্বা ঙাক্তা ওইরে। মসি মীঙোন্দা শাউদুনা কাম্নদে; ঐগী নুমিৎ গুরদুনা তৌবনি।

(নেপথ্যেঃ জয় মণিপুর মহারাজনা জয় ওইরে).

এঃ কনানো হজিকপু ঐগী জয়কার লাউরিবসিদে।

(আনন্দ চণ্ডলকপা)

এঃ আনন্দ! করিনো হজিক্তি ঐনা নঙগীদমক করিসু তৌবা ঙম্মরোই,

ওাইহাক্তা মওায়রে ঐদি কোনুং থাদোকদবা নখোয়সু হিংলবা চেন্নে।

আনন্দ— ননাই ঐদি চিনবার খোংদা খনবা ননাই নত্তে অজ্জা। পুক্নীং হকচাং লোইনা স্না চরণদা কত্তুনা খঞ্জবা ননাইনি। শ্রীযুৎকী অন্নবা মতমসিদা থবায় কচ্চগে হায়দুনা লাকচবনি।

নিংথৌ— নুংঙাইহ্দা। মমাঙত্তেদা ঐগী ইচাক ইরন চাখিবা পুন্নমক্তা নঙগুম্না লেপ্নীরবনি হজিক ঐগী অবস্থাসি অসুম্না কৈদগী ফংগদগে? ঙাক্তদুনা কাম্নদে, ঐনা তৌবীমল খণ্ডদবা লম্নচৎ খণ্ডদবা মী শেম্মুবনা অসি থোক্লিবনি।

আনন্দ— অজ্জা হৌগ্রবা বাদা স্নাবুদ্ধি তৌদুনা কান্নদে শ্রীযুৎকীদমক ননাই ঐহাক লৈজরি। স্না য়াথংদা তাকপীয়ু, ননাই ঐনা ওস্মখৈ হোৎনজগনি।

নিংথৌ — আঃ হজিকপু করি তৌনি চেন্নবদুম তৌসি।

(চৈতৈন্য চঙলকপা)

চৈতৈন্য— অজ্জা, লান স্নাকোনুং পায়গদৌরে। স্নাখোঙ লেঙথোকপনা ফগত্রা-হায়না নীংঙ্গে।

নিংথৌ— চৎসি চৎসি। (আনন্দ নত্তনা পুন্নমক চৎখিবা)

আনন্দ— ওহোকপনিদা মহারাজ ইবুংঙো কল্লকইদা। ইবুংঙো নঙগী নমাঙ থাদুনা অমুক্তা শিগজে হায়দুনা তৌববু তাঙ্গানা য়াখিগ্রেদকো। ঐসু করিসু লৈত্রবা মী ওইরম্বদগী ইবুংঙো নঙনা শেখীর্রজুনা মী ওইহনখিবনিকো। যদ্রে হজিক্তি ওস্মখৈ উপাই তৌরগে, ইবুংঙোলনি অনী গুররোই। (প্রস্থান)

## তৃতীয় দৃশ্য— লানফম

নর— হন্দক ঐনা লাকপা অসোমদা সিফাই অমফাওবা থেংনদেদা। য়াম্বুংদুবু ঐনা মী থেংলরোইদবা লমদা থাম্বিবনি অদুবু অদোমদা মী পঙয়াম য়াম্না থেংনদুনা য়াম্না য়ারগদ্রা ? অদুনা অতো নহাক চত্নুনা মাকলংলোমদা ফাওবো য়াম্বুব্রু চীংদা থরা পনখো হায়না হঙংলু। পাউ ফাওনদদুনা অবাবা তাবা য়াই।

(লানচাব অমা চঙলকপা)

খুম্বোং— অঙ্গা অবা সিফাই য়াম্না লম্বেন্দা তেঙ্গোল শাব্রে থরদি লাকপু লাকপা হৌরে।

নর— অদুদি ঐখোয়সি হন্দোকসি খ্বাইয়াকপন্দা তেঙ্গোল শাসি।

(বিনোদ চঙলকপা)

বিনোদ— ননাই কুমুদ লাংথবানলোমগী লান ঙব্রে অবা ময়াম কায়রে অঙ্গা। হৃজিক স্না য়াথং কম তৌজৌ হায়বা হঙংলু হায়দুনা লাকচবনি।

নর— তথ্বায় অমনা ককচিং ফাওবা ইন্নু হায়ব্লু; তথ্বায় অমনা কোইনা লাক্লুনা নম্বোলদা তেঙ্গোল শাব্রিবা অবাদু থংলু হায়ব্লু। ঐসু খুয়াইয়াকপা পন্দা তেঙ্গোল শায়গা সিফাই থরা পুদুনা নম্বোলদা অবা থেংননি অদুনা ঐখোয় হন্দোক্লসি।

(অবা থরগা সেনাপতিগা চঙলকপা)

সেনাপতি— নরসিংহদুবু অসোমদা লাকই হায়, থেংনগে হায়দুনা লাকপবু উনব্রে অদুনা তেঙ্গোলসি মেঙ্গর নডনা পুদুনা লমাংদোঙ ফাওবা তকশিন্নু ঐদি কোনুংদা হল্লগে। (প্রস্থান)

অবা মেঙ্গর— মৈতৈদুবু অসি য়ৌরম্মে হায়বদি লাজাবনা হায়দুনা তাব্রে কদোমদা চথ্রবলো ? নারোম্বুনা লৈরিব্রা করিনো খঙব্রেদোসে; ঐখোয় অদুক

হন্দোকসি লাংলেক অসিদা লোৎসি, মৈত্রে থরা লাকপগুম ত্তৌহি।

(প্রতাপ চঙলকপা)

প্রতাপ— ঙজিক্ত অসিয়াইদা সিফাই লৈহৌহি হায়বা তাদুনা লাকপবু লৈরমদ্রেলা, মখোয় অসি উদববু হৈরা করিনো? এঃ অসোমদা অবা য়াম্না লাক্রেলা, মখোয় অসিগা মায়োক্নবদি থরা য়াবা তারে অসিদা থুগুনা লৈরগা মকোক ওইবা অসি হাৎলবদি মরাইনা কায়দুনা চেঞ্জখিগনি। (কাপ্পা থোকখিবা)
(অবা থরা চঙলক্লগা কোয়েং কোয়েং য়েংলান্নগা থোকখিবা।)

(প্রতাপ চঙলকপা, নরসিংহ চঙলকপা)

নর— লান তৌরে হায়বা তাদুনা লাকপনি, কমদৌরে?

প্রতাপ— ননাই ঐনা ওমজরে।

খুম্বোং— নয়াম্বুং ইবুংঙোগী তেঙ্গোল কোনুং পায়গদৌরে। নম্বোললোমদগী সিফাই ওম্না হনখরে ঐনা থৎপা ওমদ্রে।

নর— হিঃ অদুদি ঐখোয় কোনুং য়ৌনা ইনশিনসি। চৎলু, চৎলু য়াম্বুংদি লান্দবু চঙব্রবদি পনবা য়াদবনি। কবো য়ৌরম্মনি। (প্রস্থান)

## চতুর্থ দৃশ্য— অঙোচীং

গম্ভীর— কমেংদা শাবা অবা তেঙ্গোল অচৌবা কায়রে, মণিপুরগী অবা তেঙ্গোল অচৌবা পুম্নমক কায়রে। ফুনান চীংদোন্দা শারম্বা অবা তেঙ্গোল অচৌবা থুগাইদুনা তুং ইল্লকপনি। ঙজিক অঙোচীংদা শারিবা তেঙ্গোল অসিগা থুগাইরবদি মাতৃভূমি মণিপুর অসি সম্পুর্ণ ওইনা জয় তৌবা ওমজরনিসে। হন্দক ঐনা তৌরিবসিদা কোম্পানীনা মদৎ তৌবিখিবসিদি কাউবা য়াবা পোৎ নত্তেসে। ঐখোয়না হন্দক তৌরিবসিদি ইবুধৌ পাখংবনা কৃপা তৌবীবনা ঐখোয়না নীংবা থুংইবনিদো। অদুবু নরনা ঙজিক কাওবা লাল্লিবা

অসিবু করিনোনে। ঐবু অসুম্মক শিরসনু হায়রুনা তৌরবরা। অদুমগুইরে ইবুঙো ইবুঙো বভ্রুবাহন নহাক্কী বৎশদা পোক্লগা ইবুংঙো নহাক্কী নওণ মাঙবা থবক্তি তৌরম্মরোই। (অবানা লাউবা তাবা) অবানা অসোটাংগী চাংখোঙ রৌরক্রবোইনা। কুম্মকবিসনু চাংখোঙ য়ৌরগা খেনেবা হায়বা অদুমগুয়রে। (থোকখিবা)

(অমা সিফাই থরা ইফিং ফিরুনা চঙলকপা)

সিফাই— হাই কটে চেনগনু, ভসিদি নম্মিত্তা তাসোন্না থিন্দুনা হাথকে থঙগান লেরম্মু। (থোকখিবা)

(চন্দ্রহাস চঙলকপা)

চন্দ্রহাস—এঃ মৈতেগা অরাগা লান কন্না তৌরেনা।

(গম্ভীরসিংহ তা পায়দুনা কন্না চঙলকপা)

গম্ভীর— মৈতে অথৌবগা কিনু কিনু শামু ফাবা লাক্লে। ঐখোয় পুন্নমক্কী ইমা ইবেম্মা মাতৃভূমি মণিপুরগীদমক শিবদা করি অমত্তা কিগনু। ইমাবু মীনা খোঙপান্না কাওরবদা কাওরিবা মী অদুবু দণ্ডি পীদনা তোকপা চুমদে। পীবা ঙমদ্রে, ঙম্নবা হোৎনবদা থরায় থাসি। (কন্না থোকখিবা)

(অবা সিফাই ময়ামদু অমুক চঙলকপা)

অমনা হায়বা— তাশাং পায়বা লান্দা শিবা কিদবা কটেদু লাক্লে।

২ শুবা— শামু ফাবরনে?

৩ শুবা— মানি মানি।

১ বা— চেল্লো, চেল্লো। (ময়াম চেনবা)

(মৈতে সিফাইনা গম্ভীরসিংহগা লোয়ননা অরাগী মতুংইন্না চঙলকপা)

গম্ভীর— ইয়াম্বখোয় করম্লো ঐসু নুমিৎ তরেৎনি তা পায়বদা খুদাং চোক্লে। ইনাও ইবুংঙোসু উনদ্রে। মাঙদা উরিবা তেঙোল অসিদা থুগায়রবদি লান লোইরে।

(সিফাই অমা চঙলকপা)

খুম্বোং— অরাগী পল মনুংদো মী লৈরে অত্তা ঙম্না কায়দুনা চেনখ্রে। অসোমদা মীয়াম পুদুনা লাক্লিবা অসি ননাও ইবুংঙোনি।

গম্ভীর— ফরে ফরে।

(নরসিংহ চঙলকপা)

ইবুংঙো ইনাও উবদা য়াম্না নুঙাইরে, করম তৌরে।

নর— অঙ্গা, ননাইনা পুবা লমদা লান লৈরে।

গম্ভীর— ইবুংঙো, ইয়াম্বা নুঙাইরে, নহাকী লান্দা খৌবগী বারী অসি মতম কুইনা মৈতৈগী পুরাণদা লৈহৌবা ওইরসনু। লাউ ইবুংঙো, ইচিল ইনাওদা য়াম্মুং ইবুংঙো চৌরজিৎ মহারাজনা শিন্নরম্বা নিংথি তু রেন্দা "বজ্রসিং" থাঙশাং চাম্বা হায়বদু চাম্মসি।

(তুরেন্দা থাঙ চাম্বা)।

(চান্না চান্না) য়াম্মুং ইবুংঙো ননাই তোল্লবা গম্ভীরসিংহনা তাইবঙ মীগী ঈনা থাগৎলবা থাঙ অমা চামজরিবসে' য়াম্মুং ইবুংঙোগী মা খুৎসু "বজ্রসিং" নি তুরেল অসিনা নিংথিনি। অদুগা ঈ অসিনা অবাগী ঈনি। নোংমদোল অতিয়াদগী মা মীৎয়েং তাবীরক্রো। "জয় চৌরজীৎ মহারাজগী জয়।"

(অদুগী তুংদা মচিল মনাও থাঙ অদু পায়দুনা ফুড়া অমগী থোঙদা বা অসি হায়দুনা য়ানবা)

ঙসিদগী মৈতৈগী লম অসি ফাওবদি ইচাশা হল্লসি।

(ময়াম্বক থোকখিবা)

## পঞ্চম দৃশ্য— লম্বী

প্রেমানন্দ—হজিক্তি মৈতৈনা অবা থুগায়রেদো নিংথৌ পাল্লরনি। ঐখোয়দি করম তৌগনি।

চৈতন্য— য়াম্না ফৈ করি তৌবগে মখোয়গীসু মনাই হেক মওইগনি মৈতে ঐখোয়গীদি

ওইরা ওইরবা নিংথৌ অদুগী মনাই ওইদুনা কন্না খল্লগা হেক্তা মচাওবা হায়বসিমত্তাই।

আনন্দ— (তন্না চঙলকুনা) নখোয় অসিনা ভাঙনরিবা অসি যগণী নমচৎনি। নখোয়গী বা তাবদা বণ লাকনা হায় হায়বা অমগীদা লৈরবসু শল্লোৎ মখোইবা অমগীদসু মখোইবা করি তৌগে য়োলগে য়োঙ্গসনু হায়রবদু নীংশিংই। মৈতৈ পুন্নমক অসিবু নখোয়না বণ ভাঙনি, মণিপুর হায়বা দেশ অসিনা নিংথৌমচা খরতগীনি, নখোয় নখোয়গী শরুক য়াওদে হায়না খল্লে। মদু চুমসে; মণিপুর দেশ অসি মৈতৈ পুন্নমক্তীনি। মী অমত্তগী নুংঙাইনবা ময়াম চঙদুনা নোম্বা হৌনদে ময়ামগী নুঙাইনবা ময়াম্বক নোম্মু।

(খুনমক থোকখিবা)

প্রেমা— আনন্দ অসিনা তৌবা অসে নোক্লীংইদা।

চৈতন্য— মানা ঙাওবা শাবা অসিদি ভাঙজসনু হজিকপু ঐখোয়না মৈতৈগী বণ ব্রহ্মণ, নুপী নহা হাৎখিবা নৈখিবা অদুগী লম্মন খুমগে হায়দুনা লাক্লবদবু করম তৌনি; ময়াং তান্না চেনসি হায়রা ঐগী নুপীদি থা শুরে।

প্রেমা— হোয় অদুগী হায়রবদি ঐখোয়না মৈতৈ ইশাদা নৈখিবদুগী খল্লুরবদি মৈতৈদা নৌথম থোক্তে।

(গোকুল শর্ম্মা চঙলকপা)

চৈতন্য—হাইমা লাক্লিবা বামন অসিবু অদুঙৈ হাৎলু হায়দুনা থৈনাবুংো পুথোক্লখিবা অদু নৎত্রা?

প্রেমা— মানিনা হাই মাগী আম্বানবু মতম চারে হায়দুনা ঐখোয়বু চাগে হায়দুনা লাক্লবরা?

চৈতন্য— চেনসিনা।

প্রেমা— অমুক্তংদদি উয়খিসি চেন্দুনা হিংবা পোৎ নত্তে।

গোকুল শর্ম্মা— অঙত্বশা মখোয়না ঐবু য়ান্না মুন্না য়েংবেদি ঐবু নৎত্রা। ঐ শিদে। নখোয়বুদি অন্না নিংথৌনা লৈপাক্তী ফজদবা বদনাম ওইনা থবক খরতা তৌহনবনি। ফজবা, অরেম্বা থবক্তি অয়াগী বংশতনা তৌবনি। অবানা

ঐবু হাংপা ঙমদে হায়বা নখোয়দি খঙলিরোইদো। অদুগুম্বা মখোয়গী অচোন্না থবক্তি নখোয়বু খঙহনবা নত্তে।

চৈতন্য— ঠাকুর নঙনা হৱিক লাক্লিবা অসিবু ঐখোয়না তৌখিবা থবক অদুগী লম্নন খুম্বা লাকপরা?

গোকুল— ঐ অদুগুম্বা মী নত্তে। নঙনা ঐবু হাংপা ঙম্রা, ঈশ্বরনা শীন্দুনা লোইশ্রবনি নঙ ঐদি উপলক্ষ্যতনি। নখোয়গী নবুংঙো অবা নিংথৌনা মনুংদা শীন্দুনা লোইরগা নখোয়বু অঙম্বা শাহন্দুনা লৈপাক নৈবগী ফত্তবা বাদু হায়দোকহনবদনি। মরম অদুনা নখোয়বু ঐ করি অমত্তা দোষ তৌদে। অদুগা নখোয়না হৱিক বারিবা অসিগা মতম অদুদা তু-খোং জঙ্গলদা লোত্তুনা বাথিবশিং অদুগা কনানা হেন্না বাবগে হায়বদু অমুক্তংদি খন্দুনা য়েংউ।

## ষষ্ঠ দৃশ্য— স্নাকোনুং

[অবা সেনাপতিবু বন্দি তৌদুনা থম্বা, মৈত্তে সিফাই অনী, বিনোদ]

সিফাই ১বা— মসিদি মৈনুংদা হৱিন্দুনা হাংলসি।

বিনোদ— ঙাইখোদা হাংলবসু কোন্না হাংথসি মাগী মচীন জবান খরা লৌথিসিদা।

সিফাই ২বা— ঐগী ইমাবু মখোয় অবানা হাংখিবদুদি করি মরান লৈবগে; মখোয়না জবান লৌরগা হাংপরা?

সিফাই ১বা— ঐগী ইতুবু ফুদুনা হাংখিবদি, করিসু দোষ উলত্তে। ঐদি মখোয়বু হাংত্রবদি ইবুংঙোখোয়গা ওনশিন্দুনা অমুক পায়নবা হায়বসি মঙায়রে।

বিনোদ— ঙাইখো ঙাইখো, হাংলবসু মনাও ইবুংঙোতদি ঙাইখিসি।

সিফাই ২বা— মনাও ইবুংঙোনসু শোয়দনা হাংলু হায়রদৌবা পোৎনি।

(নরসিংহ থুনা চঙলকপা)

নরসিংহ— মনাও ইবুংঙোন্দা কেদৌঙৈদসু থুংলাই পায়নবা বন্দিবু য়াংলু হায়রোইদবনি। করিনো নখোয়না তৌরম্বিবা অসিদে। মসিগুম্বা লীচংপু কেত্রী মচানা চংপা হৌনরা? মদুদি য়াম্না পুকচেল নীকপা মীগী থবক্নি। লান তৌরিঙৈ মতমদদি ঐগী য়েক্লবনি হায়না খনগনি; লান শুম্লবা কান্দা ফারিবা বন্দিদুবু ঐগী মরূপ্নি খনবা হৌনে। সেনাপতি শাগনু (পুনবা থাদোকপা)। হৌজিক্তি ঐখোয়না শুমদুনা ইপাম্বোমগী পাঙ্গলশুনা নখোয়গী নখুত্তগী মাতৃভূমি উদ্ধার তৌরে। অসিদগীসু হেন্দোক্তুনা করো নখোয়গী নখুজং খরসু লৌরে। ঐখোয়না লৌশিন্নক্লিবসি নিংথি তুরেল য়ৌরে। নত্তনা করি ব্যবহার পাম্বগে অদুক হায়য়ু।

সেনাপতি— রাজকুমার ঐ লান তৌররোই। ঐনা পাম্বা ব্যবহারদি অশুম্বা মশেল চৎনবা ব্যবহার অদু পামই। ঐনা করো নিংথৌদা ঐগী অবা তেঙ্গোল কায়রে করম তৌসিগে হায়না চিঠি পীখিবদা উত্তর লাক্রে মসি পাবীয়ু।

নর— (চিঠি পাবা) অদু ওইরবদি য়াম্না ফরে, অদুবু ঐগী ইবুংঙোগী বা অমত্তং তাদনদি ঐনা হেক লোইখোকপা শুমদে।

(গম্ভীরসিংহ চঙলকপা)

এঃ য়াম্বুংসু লেঙলক্রেদনা ননাই সেনাপতি লান তৌজররোই হায়না য়ারে। করো নিংথৌনসু পীরকইবা চিঠি অসিনি। (চিঠি কংপা) ননাইশিংনা হুঙ্গংলক্লিবদি লান তৌদুনা কাম্ররোই, সেনাপতি নহাক্না ঐগী পীখিবা সন্ধি পত্র অসিদা সহি তৌনরম্মু ঋণভাব লৈনবা য়াবা নত্তে, মমাঙঙৈগী মতৌগুম্না ললোন-ইতিক পোং থাদোক-থাজিন তৌবা থিংনদবা। কনাগুম্বা অতোপ্পা জাং অমগা মায়োক্নবা কালদা লান পাংনবা। অদুগী মথক্তা লানগী ক্ষতিপূরণগী মশক ওইনা ননাই ঐখোয়না লৌশিল্লিবা করো তম্পাক অসিসু ঐখোয়গী ওইরবা হায়না য়ারে হায়না হুঙ্গংলক্রে। য়াম্বুংগী ম্না পুক্নীংদদি করি খনবীরিবা তাজনীংই। য়াম্বুনো নিংথৌনি; ননাই ঐগীদি য়াম্বুংনো তাকপীবা ম্না য়াথং ইজ্জগনি। য়াম্বুংগী বাশকপা নিংথি তুরেলদা থাও চামগে হায়বসু থুংলে।

চুমদে। মহারাজনি গাদী ফংলি হায়বদুমগুইরে লৈপাক্নবু নোক্নরে।

বিনোদ— ইবুংঙো নহাক্না হায়রিবসি খেৎপা য়াবা অমম্তা হেক য়াওদেদা। অদু মহারাজনদি যুবরাজ সেনাপতি শূপহনখরেদো। মসিবু করম তৌনা লৌথোকহনসিগে হায়বনি।

নবীন— মদুদি য়াম্না লায়র্নবা পোৎনি। মজা ইবুংঙো চন্দ্রকীর্তি পোক্নে। নিংথৌনা পোকপা মজা ইবুংঙো লৈরিঙেদা অতৈনা যুবরাজ ওইবা য়াদে; লোইরে মসিনা হেক্তা মকোয়রে।

বিনোদ— হোয়, লোইদি লোইবা য়ারে, অদুদা হৌদোং মগুক্তা শরীক থাংলুগদবসিবু কনানোনে?

নবীন— মদুবু য়াম্না লুনা খল্লিবোইরে। সে, নিংথৌ থিদে প্রজা থিদে, নুপীগী বা চত্তবা মী লৈতবনি। খুড়াতোনগা ঐখোয় অনীনা মহারাণীদা কোক হেক শীকচিনবা, মহারাণীনা মহারাজদা য়াথং অমা— হেক্তা লোইরে। করিনোনে দশরথ মহারাজনবু, মজা ইবুংঙো রামচন্দ্রবু বন্দা থানি হায়ববু থাজব্রনে— খালি কৈকয়ী।

বিনোদ— লোইরে, লোইরে, শুভস্য শীঘ্রং। চৎসি। অদুগা য়াসে তমথোকপা য়াবা নত্তে। নাশোল অমত্তং খণ্ডখিবদা কোরোক কায়রেদো।

(কুমুদিনী চঙলকপা)

কুমুদিনী— করিনো তাদখোয়না য়াম্না চিক্না বাতানরমইবদে। লৈপাক্কী অমসুং মহারাজগী করম্বা অমঙ্গল থোক্লবগে?

বিনোদ— ইবেম্মা থোইদোকপদি থোক্তে হায়ববু পূক্নীং নুঙাইতবগীদি অসি মঙাইরে। লৈপাক অসি নিংথৌ অনী শুরে, মশক খণ্ডনদ্রে। কনাগী শনরেং দোলাই, পে অস্তৌবা চপ মাম্নদ্রে।

কুমুদিনী— ইনাও ইবুংঙোগী মপান্দগী জয় তৌদ্রিবা লৈপাক্লি। মাবু পণ্ডপীক পীকহনবদি চুমদমাম্লেনা, তাদ।

নবীন— তাকপীরিবা য়াম্না চুমই। অদুনা ননাই ঐখোয়দি লম্বী চৎপা য়াদ্রে। মনুংগী অসিদি কনাসু খণ্ডবনিনা মহারাজনা কিদুনা তৌরিবনি মসিদা হায়নখরে।

## দ্বীতয় দৃশ্য
[লম্বী ময়াদা লৈবা লম্পাক]

কুমুদ— হন্দক তৌবা থবক অসি চুমদেদা।

খুম্বোং— অদুবু ইবুংঙোখোয়না কোনুং কাদদুনা তৌবনি। ইঙোখোয়না কোনুং অসি তোয়না কাবীবনা চুম্বনি।

কুমুদ— হৌজিক কালগী ব্যবহার লৈতবা অঙাংশিং অসিগী মরক্তা পঙফম ফম্বসু পামদ্রেদা।

খুম্বোং— পামদে হায়দুনসু নিংথৌগী ফম নাইরবদি মশা নাক্তা চঙদুনা পামদ্রিবা থবক অদু কোরুবা তৌবীগদবনি। হৌজিক্তি করি থোক্রে। লৈপাক অসি কায়রা করিনো মফম খঙদ্রবা হায়বা অদুনি।

আনন্দ— করিনো ফম্নাইবা অনীনা ঙাঙনরিবা অসিবু ঐখোয়না করি তৌনি। য়াদি মানা খঙদ্রগা, নিংথৌমচা পোক্ত্রিঙৈদা মাবু বৃন্দাবনচন্দ্র লাৎহল্লে। হৌজিক মচা পোক্রে। নিংথৌগী মচা অহন্না যুবরাজ ওইবসিমঙাই; যুবরাজ ওইবা মীনা বৃন্দাবনচন্দ্র লাৎপসিমঙাই।

কুমুদ— অদুম ওইনম্বকপু মীবু চঙহাৎ হাৎপদি হৌনদে।

আনন্দ— মজা ইবুংঙো হেক পোকপদা মানা বৃন্দাবনচন্দ্র কথোক্কদবনি। মাদু তৌজহৌদবনা শিজবনিনে। মানা ওইফম থোক্তবা করিগী পাম্মুরিবনো।

খুম্বোং— নঙনদি খঙদা, আনন্দ, মনুংদা বা য়াম্না লৈরিনহাই।

আনন্দ— মচিল মনাও লান তৌদ্রিঙৈদা ঙাঙনৈ হায়বদুরনে?

খুম্বোং— মানি।

আনন্দ— অদু ওইরগা, য়াম্বুংনা শিরগা ঐনা নিংথৌ ওইনি, হৌজিক ঐ যুবরাজনি হায়দুনা তরং তরং হেক মহায়য়ু কনানা করি হায়রনি। মখুত্তগী কনানা

বৃন্দাবনচন্দ্র মুন্নি। মদুদি নত্তনা মাদি লান তৌগ্রিঙেদসু ঐ নিংথৌ ওইনীংদে অন্নানা লৈপাক নৈবা অসিদা কোকহনগে হায়দুনা লাল তৌবনি হায়, অদুগা হৃজিকসু নিংথৌ ওইনীংদে ইবুংঙোগীদমক্তা লৈরিবনি মহায়। হৃজিক বৃন্দাবনচন্দ্র পুখৎপদা শাউরবদি লৈপাক মমাঙদা অক শাবীরিবোইরে হৌদোং লম্বোইবা শাবনদি রাজনীতিদা মঙ্গল ওইবা য়ারোই।

খুম্বোং— সেনাপতিনবু হৃজিক করি হায়রিবগেনে?

আনন্দ— হন্দক বৃন্দাবনচন্দ্র পুখৎপদা শাউরবদি নহানমথৈ তৌরকইবা অদু তৌশিন্নবা তারে।

খুম্বোং— ইষ্ট পৃথিবীগী নুঙাইতবদি য়াই; নৎত্রবদি করি থোইদোকপা তৌরোইদা।

আনন্দ— মতীক করি লৈ।

কুমুদ— নখোয় অনীনা শাঙনবা বাঁ পূন্নমক তারে। নখোয় অনীমক ইচুম চুমই, ইরাল লাম্নি। মনাও ইবুংঙোরোমগীসু শ্রীযুৎকীসু পূকচেল ইচুম চুম্নদ্রে মদুনা থোকপনি। কোনুং অসে য়াম্না য়োংলৈ-মেলৈ নাইরে অহলগী মবা চৎলক্ত্রে অদুনা কোনুং কাদ্রবনি। অসি পূন্নমক থোকপদি মনাই ফত্তবনা থোকপনি।

(নর চঙলকপা)

নর— ওহোকপনিদা সংসার হায়বসে। হুম, য়াম্বুং ইবুংঙোমক্তসু ঐঙোন্দা অসুম তৌদ্রেদকো। ঐগী পঞ্চপ্রাণনা লৈরিমথৈতদি য়াম্বুংগী কাদদি লাল্লম্মোই হায়বগী তৌরবনিকো। আঃ কনাগী থৌহনশিন্না ওইরিগবা, য়াম্বুং ইবুংঙো মাপুরুশীংমক্তদি অসুম তৌবীনি হায়বদি থাজদেদা। আঃ তোল্লিদা ক্ষেত্রিমচাগী বাশকপা। বাশকপগী শউন থৌরীনা ইপাম্বোম অনীসি পূনগ্ৰদুনা তৌবনিকো। ইপাম্বোমগী পাঙ্গলতনা অদুক য়াম্বা অমা তানখায়দুনা য়াম্বুংবু মেল তোংহনম্রিবা মনাওনিকো ঐ অসে। ঐগী থম্মোয়গী ইষ্টদেব ওইনা লাৎচরিবা শ্রীবৃন্দাবনচন্দ্রবু লৌখৎখিদুনা দর্শন ফাওবা ফংহন্দ্ৰবদা নর ঐনা হিংদুনা লৈরেদকো। হা ইবুংঙো বৃন্দাবনচন্দ্র নঙগী সেবাবু নর ঐনা করম্বা কান্ন সেবা অমুক ফংগদবা; ফরে, ঙসিদগী

ঐহাক মা কোনুংদা মায় ওন্নরোই। লৈপাক্কী মরম্মদসু মীচিনা ফাওবা য়েং শ্রারোই। য়াশকপতদি কায়রম্মরোই। আঃ ক্ষেত্রিমচাগী য়াশকপা ওহোক্লা তোয়্রিদা। (মরু লুক্কুনা চৎপা) ঐনা শুসি শাউবা অসি খল্লুরবদি অসুক য়াম্না শাউকম থোক্তে। নিংথৌগী মচা পোক্রে, নিংথৌমচা অহন্না বৃন্দাবনচন্দ্র লাংপা হায়বসি হৌনবনি। অদুগা মসি পূন্নমক অসি থোকহনবদি ইনাইগা মনাইগনা থোকহনবনিসে। (প্রস্থান)

## তৃতীয় দৃশ্য— কক্ষ

[গম্ভীরসিংহ]

গম্ভীরসিংহ— খল্লু খল্লুবদা মীওইবগী মপোক অসি ওহোক্লা নুংঙাইকম লৈতেদা। ঐহাক নিংথৌরেনগী মচানি, ইপুসু নিংথৌরেম্নি। পাবুং ইবুংঙোনা পোকপিবদা ফনা নুংঙাইনা হৌদুনা মীরোল হেক তারকপদগী হৌনা অহিং নুংথিলদা অপাম্বা নুংশিবগী য়াথলতনা মত ওইদুনা লৈরম্মী। অদুদগী মথং মথং মায়াবীনী আশাগী থৌইনশীম্না য়াম্বুং ইবুংঙো মার্জীৎপু কিবদগী কাছার তান্না চেন্দুনা লৈরুরে। কাছাড় নিংথৌগী মখাদা লৈরম্বদগী মাবু তাহোক্লুনা কাছাড়খেল পূন্নমক ঐখোয় ইচিল ইনাও অহন্না য়েন্নদুনা পান্নে। মতুংদা টিলাইন লাঞ্জাও থেংনবদা মদৎ তৌরুবগীদমক কোম্পানী বাহাদুরনা নোংমৈনচিংবা মদৎ পীবিদুনা মাতৃভূমি উদ্ধার তৌরে। তৌখিবা পূন্নমক অসি আশানা থোকহনবা ঙাক্তনি। থৌদোক পূন্নমক অসিদা ঐনা খঙহৌবদি ঐনা ফংগে হায়দুনা তাশ্লিবা অদু ফংলবা কালদা করিসু নুংঙাইতে। নুংঙাইবা হায়ববু মদু ফংগ্রিঙেদনি। নিংথৌ ওইগ্রিঙেদা ওইনি হায়বা আশাদুতনা নুংঙাইরম্মী; ওইরবা অসিদা করিসু নুংঙাইতে। ইনাও নরসিংহ, দেবেন্দ্র অনীমক্লা শয়েং পাম্বোম ওইদুনা য়েক্লবা তিংখং লৈতনা

লৈপাক য়াথোক লৈতনা পাল্লি। ইচা চন্দ্রকীর্ত্তিসু চাউরক্নে। মাগীসু খন্দবা য়াদে। ঐনা অসুম পানগনি হায়বদি লৈত্তে। ইপু পেব্যা পণ্ডিতনা রাজভোগ লোইরে যুগ থৈযু হায়দুনা ওসি কুফা চঙগদৌরে। মসিদা ঐনা শিখিবা থোক্লবদি নীংঙমদবসিদি কোক্তবা তারে। বারেদা হা গোবিন্দ। মতম অসিদা ইনাওগা অমুত্তং উম্লহন্দুনা ঐনা য়ারিবসি অমুত্তদি কোকহল্লুগবা। ইচা চন্দ্রকীর্ত্তিবু রাজগাদিসিগা লোয়ননা ইনাওদা শিম্নরম্লবতদা ঐগী পুক্নীংসি পেনগ্রনিদা।

(কুমুদিনী চঙলকপা)

কুমুদিনী— অজ্ঞা ননাই ইপু পণ্ডিতনা কুফা চঙবদি নুমিদাং য়ুথক মতুংদনি হঙ্গ ৎলমদুনা থৌরাঙ পুন্নমক লোইরে।

গম্ভীর— মহারাণী, পুং কয়া তাগ্রে?

কুমুদিনী— য়াচং পুং য়ৈগ্রে অজ্ঞা।

গম্ভীর— হৌজিক অসিদা ইনাও ইবুংঙো লাক্লবদি ওয়োক্লা নুঙাইগ্রনিদা।

কুমুদিনী— পুং শোয়বা রুৎলোই, স্না য়াথং তাকপিগদবা তাকপিয়ু ননাই ঐ হায়জগে।

গম্ভীর— শোয়রগা শোয়বা হায়বদুমক্তায়রে কমদৌনি। মহারাণী, মী থাবিবদু লাক্লগা চঙবা হায়বদুনি।

(চন্দ্রকীর্ত্তি চঙলকপা)

ইপাগী ইবুংঙো চন্দ্রকীর্ত্তি, লাউ, ইপা পমগে লাউ; নরাইবক থীবনা ইপানা নঙবু শেন্নখা ঙম্লমদ্রে। নতোন নরসিংহবু ঐমক্লি হায়না নীংউকো।

(নরসিংহ চঙলকপা কুমুদিনী থোকখিবা)

ইবুংঙো ইনাওবু শেন্নখা মতোল লোন্নমদ্রে। ইয়াম্বগী নুমিৎ অসি ঙসি শুরমাগ্রে। ইয়াম্বনা মণিপুর উদ্ধারগীদমক য়ারকপা ময়াম খল্লুবদা ইনাওগী লমন শিংবা লোইরমদ্রে। ইনাওনা ইয়াম্বগী তুং ইনখিবগুম্না হয়েং নচা অসিনা চাউরগা নতুংদদি ইলহল্লুকো। ব্রাহ্মণবু লুনা তৌ, প্রজাবু নচামক্লি হায়না নীংউ।

নরসিংহ— য়াম্বুং, মদু হৌজিক থনবীবা মতম নত্তে, স্না পুক্নীং য়াম্না নুংঙাইনা লৈবীয়ু।

গম্ভীর— ইবুংঙো ইয়াম্বদি ওসি কুমা চঙবা তাত্রে। নঙোন্দা লৈপাক শিন্নরমগে কৌরিবনি।

নর— অজ্ঞা, থোইদোকপা অমঙ্গল লৈরক্রোই হায়না ননাই ইগু পত্তিতনা তাকপী। কুম্নাদগী লোয়খোক্লেপা চহী ২০ অমুক পানখিনি তাকপী।

গম্ভীর— (চন্দ্রকীর্তিদা খিন্দুনা) ইবুংঙো মাসি কনানো খঙব্রা?

নর— অজ্ঞা, নচা ইবুংঙোনি।

গম্ভীর— নঙেনে ইবুংঙো, অমুত্তা বাখল তৌখো; মাসিবু কনাগী মচানোনে?

নর— অজ্ঞা, মণিপুরেশ্বর মহারাজ গম্ভীরসিংহগী মচা ইবুংঙো চন্দ্রকীর্তিনি।

গম্ভীর— চুম্না হায়য়ুনে।

নর— ননাই নরসিংহনা পোকচবা চন্দ্রকীর্তিনি।

গম্ভীর— নুঙাইরে ইয়াম্বগী ইবুংঙো। নচা অশিংক অসি মাঙহনগনুকো। ইয়াম্বদি শ্রীকৃষ্ণগী নাম খরদং শোম্নসম্না ঈশ্বরগী খুয়া তানয়্রগে। ইবুংঙো তাইবং-পান্দা নুংঙাইনা য়েন্নবা ত্তিংখং লৈতনা কুইনা শ্রীগোবিন্দগী সেবা তৌ।

নর— ননাই ঐহাক য়াম্বুংগী সেবা মতোল লোম্না তৌখিনি; য়াম্বুংনো থুপত্রগা ননাই ঐহাক্না হেক পোকচবা ইচানিপা চন্দ্রকীর্তিনা নিংথৌ ওইরগা ননাই ঐনা হুজিক ওইরিবা সেনাপতি অসি ওইনা লৈপাক ভাকনি। লেংওন্দবী পাৎ শীৎত্রিঙেদগী হুজিক ফাওবদা মা থৌগল তৌরকইবা ননাই নরগী পাম্বোম চোকথদরি। ননাইগী পাম্বোম লৈরিঙেদা ইচা চন্দ্রকীর্তিগী মতু নামা থৎকেদবা ময়োল তরামরিমক্তা পোক্তে।

গম্ভীর— অদুগা, বৃন্দাবন...

নর— ননাই ঐ খঙজরে— অদুগুম্বা মা বুদ্ধি তৌবিগনু। ননাই ঐনা কৎশিনবা খিন্দুনা শোয়রবনি; শ্রীযুৎনা ননাইবু চানবীবনু লৈপাক ইল্লু হায়বা য়াবা হৌনদে। লৈপাকী বায়েন মতুংইন্না লৌখৎফম থোক্নুনা শ্রীবৃন্দাবনচন্দ্র লৌখৎপনি। শ্রীযুৎকী করি অমত্তা দোষ লৈতে।- ননাই ঐহাক্না য়াম্না মুম্না খঙই।

গম্ভীর— লাউ ইবুংঙো ইয়াম্বনা অরুম্বা হি য়াই খরা শিন্নগে। (প্রস্থান)

## চতুর্থ দৃশ্য— দরবার ময়া

[কুমুদিনী, চন্দ্রকির্ত্তি লোয়ননা]

[ঈশে]

লৌখিরম্লো শ্রীহরি ননাইগী লখী পীবিরো লাকচরগে।
ঙাইহিবিরমখো মহারাজ লাইবক থীবদি কনাগা লৈজহৌগনি
চানবিহেবা মধুসূদন ননাই থবায়সু কপ্চরনি শ্রীচরন্দা
শ্রীরাসবিহারী পাঙল লৈত্রবী ননাইগী তাইবঙদা কনাসু
উখিদরে (ধ্রু) ননাইগী অন্তকাল পীবীরো শ্রীহরি
চঙজরগে শ্রীচরণদা (ধ্রু) "রাধারমন বংশীবদন গোলকবিহারী"

লোল— ওহোকপনিদা ইবুংঙো পণ্ডিতনা লৈনুং চঙদুনা যুগ থৈরবা ফগানি হায়দুনা তৌরম্বসিদি মং থিরবা হায়বা অদু ওইরে। নচা ইবুংঙো অসিনা কনানা য়োকপিনি। ননাই ঐনা কনাগা লৈগনি। ওহোকপনিদা নিংথৌমচাদা ওংম্ম ওইবসিদি ওহোক্কা লুখরেদা। অসুপ নুংশিত্রবা ইবুংঙোনা স্বর্গতী ওইববু কম্না ফাওবা ফংদেদা। ইপুরোইবা শিকগীবু কপ্‌কেদ্রা? ইচাগীবু বাগদ্রা? কনানা খঙগনি ইথাদা কোল্লিবা ইচা অসি মুন্দুনা হাংথিবসু য়াই— খঙদ্রে তৌরিবসি। হজিক শ্রীযুৎকী হকচাং তুমত্রিঙেদা নিংথৌ হাপকে হায়রনি, ইবুংঙো নরসিংহনা ওইরবসু য়েক্কবা তিংখং মাঙহনগে হায়দুনা ইচাবু হাংথলবসু য়াই। খঙদ্রে, করম তৌগদবনো। হা গোবিন্দ বাত্রেদা হা বিধি ঐগী ইরাইবক অসি ওহোক্কা বানা তমত্রেদকো। হিঃ ঐনা ফম্লিবা অসিদি দরবার ময়ানিনা, অঙম অথৌ লাক্রবদি অসোনদা লাকপা তাই। হাইমা। লাক্লিবা অসিদি ইবুংঙো নরসিংহ মাগ্গিনা। মথুঙসু থাঙ পায়রি

করিনো ইচাম্বু হাৎকে তৌগ্রা? কলোমদা চেনখনি শন্নাই পুন্দিবরোমদা চেন্নখে। (থোকখিবা)

(নরসিংহ চঙলকপা)

নর— ইতেমা শীজম্বু কলোমদা লেঙগ্রবনো, শন্নাইদা য়েংলুই লৈতে। ছজিক য়াম্বুংগী সনা হকচাং তুমগ্রিঙেদা নিংথৌ হাগ্রবা য়াবা পোৎসু নত্তে। মী অতে অতৈনদি অসোমদা চখিখি হায়। খঙলে, ঐনা ইবুংঙো হাৎগ্রনি হায়দুনা লোৎগ্রবা পোৎনি। ওহোকপনি করম তৌনা ঐহাক্কী পূক্কীং অসি খঙহনগদবনো খঙগ্রেদকো। ঐহাক্না করি হায়রগা ইতৈমনা থাজগদবনো। ঐগী পূক্কীং অসিদা অমাংবা লৈতে হায়বসি। ইবুংঙোনা নিংথৌ ওইরগা ঐনা লৈপাক ঙাকুনা লৈনি হায়বসি শূপথা থাজখিগ্রে। ঐহাকপু কৈমুক কিগ্রমাগ্লে; হা গোবিন্দ। করম তৌরগা ঐগী পূক্কীং অসি থাজহনগবা। ইতৈমগী দোষসু লৈতে মসি ঐখোয়গী চৎনয়কপনি। নিংথৌতবু ওইনি হায়রবদি মী হাৎপগী হল্লোংবা লৈতবা। হিঃ দরবারসিদি মন্ত্রী লৈগ্রেলা, কলানা খঙগনি; মসিদা কনাগুম্বা নিংথেমচা চঙলক্লুনা তুমিন্না নিংথৌ ওইখিবস য়াই। প্রতাপ। প্রতাপ।

(প্রতাপ চঙলকপা)

প্রতাপ— স্না য়াথং করি।

নর— করিনো নখোয়না ছজিকপু ইকোং কোৎচিন্দুনা লৈরিবসিবো মণিপুরগী অরুবা মতম হায়রবু নিংথৌ শিরিঙে অসিতনি খঙগ্রা?

প্রতাপ— তাকপীয়ু অজ্ঞা স্না য়াথং মতুংইন্না তৌজগনি।

নর— দেবেন্দ্রগা, খুম্বোংগা কৌরু, য়াম্বুংগী সংস্কার য়াওহৌরিবনি। মতীক চাবা মীদা শিন্নরমউ হায়বু। (প্রতাপ থোকখিবা) ওহোকপনিদকো হে মণিপুর। নিংথৌ ওইনীংবদগী মপান্না মচা হাৎপা, মচানা মপা হাৎপদা হালেংবা লৈতে। অসুক য়াম্না তুক্কচবা থবক অসি থোকহনবদা মপূক্কীংদা করি অমত্তা য়ৌনা চিংনদবসি নিংথৌ ওইনীংবদগীনিকো। জীব শিশীং লম্বাগী মহৎতা মত্তোমতগী নুংঙাইবা য়েংবসিবু করি কৈ হায়দুনা তৌরিবা অরামনি

হায়দুনা লৈরিবসিং অসিদু মশা মশানা মতীক চানবা হোৎনরদুনা চাউনীংবনা নিংথৌ লেমগদবগী হোৎনে। হা গোবিন্দ অসিগুম্বা পুক্নীং অসি মতৌ করম তৌনা কোকহনসিবা।(প্রতাপ, খুম্বোং বিনোদ চঙলকপা) নখোয়না লাকপা য়াম্না ফত্রে নখোয়গী থবক পীগে হায়দুনা কৌবনি।প্রতাপ নহাক্না অসিদা দরবার ঙাকউ খুম্বোং নহাক্না খা থোঙগা লোংপোক থোঙগা তুলিহন পুদুনা ঙাকউ। অদুগা ইনাওতোম্না মাথোঙগা অবাং থোঙগা তুলিনহ্যু পুদুনা ঙাকপিবা তারে।শ্রীযুৎকী মা হকচাং তুমহ্রিঙৈদা করিগুম্বা অমত্তা থোকহনবা য়াদে। (প্রতাপ নত্তনা পূন্নমক থোকখিবা)

নবীন— (চঙলজুনা) প্রতাপ নহাক্না দরবার ঙাক্লিবসি কোনুংসি নখোয়গী ওইরব্রা?

প্রতাপ— এঃ করি বানো নখোয়গী ওইরব্রা হায়বদে।

নবীন— তৌজ লাকচনুহাই নবীন ঐখোয় লৈরিঙৈদা। (থোকখিবা)

প্রতাপ— ঙাইখো ঙাইখো, মখোয় অসিদি পূকচেল ফজদেদা মাখ্যাগী ঈঙীৎ খিত্তং ফংলবদি নহাক মফম অসিদা হেক লোইথোকদবনি।

(নরসিংহ চন্দ্রকীর্ত্তি পম্বদুনা চঙবা, কুমুদিনীনা কপ্না ইন্নবা)

নর— ইতৈমশীজ, ঐহাকপু ওম্বোক্না থাজখিব্রেদা। ইবুংঙোবু ঐহাক নিংথৌ হাপকে হায়দুনা তৌবনিনে। করি অমত্তা ফত্তবা তৌরোই। ইপাগী ইবুংঙো অসিদা ফম্মু।ইবুংঙো নপুক্তা য়াম্বুং লৈতে হায়দুনা করি অমত্তা বাগনু ইতোল লৈ।ইতোলগী পাম্বোম লৈরিঙৈদা ইচাগী তু অমা ফাওবা থৎলগদবা জগৎতা লৈতে। য়াম্বুং ইবুংঙো নচা চন্দ্রকীর্ত্তিনা তৌরিবসি য়েংবিয়ু। আঃ কল্লকইদা লেংঙব্দবী পাং শীৎঙৈদগী ইচিল ইনাওনা য়াশক্লখিবা অদু কল্লকইদা ওম্বোক্লসু পুলি তেল্লকইদা। নজা ইবুংঙোনা মণিপুরগী নিংথৌ ওইরিবসি অমুক্তা য়েংবীয়ু। (থাজাল লেপ্রা চঙলকপা) লাউ লাউ, থাজল নেপ্রা, চঙলকউ। লাউ, গুসিমখে ইবুংঙোনা নিংথৌ ওইরেদো, নখোয়না হুজিক্তি লৈপাক্ত অসি অক-ফত্ত পূন্নমক পূরগদবনি। ঐদি হান্নগী অদু মঙাই।

"জয় জয় মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী— জয়।" (প্রস্থান)

# পঞ্চম দৃশ্য— কৈথেল

কৈথেলগী নুপী ১বা— হায়রিবা খাঁ অসিনদি ঙসিদি কৈথেল ঙন্না কুমদবা য়াদ্রিনা।

কৈথেল নুপী ২বা— হোয়নে ঙসিদি পোৎ ঙন্না লৈদ্রি।

কৈথেলগী নুপী ৩বা— করিনোনে নখোয়না হায়রিবসিবো, করি তৌরবগেনে?

১ বা— ইবেম্মশা। নঙসু লঙ্কা তারগা সীতা কনাগী মতুংদা হায়বা অদুমঙাইরে।

৩ বা— ইবেম্মা, পোৎ য়োল্লিঙেদা তাহৌদদুনা তৌবনিবা।

১ বা— সে, ঙসি গোবিন্দগী সন্ধ্যা আরতি লোইবদা মহারাণী মাইস্নাখোয় নবীনখোয় বা তামদুনা মনাও ইবুংঙো নরসিংহবু হাৎকদৌরি হায়নে।

৩ বা— হাইমাঃ ইবেম্মখোয়, করিনি হায়বগে মীসিনা মচাবুদি কয়া লুনা তৌরি। মচা অপিশক অসিবু নোংমদা ৩ লক ৩ লক রেংলি।

২ বা — নিংথৌনি হায়বা মিংদা মঙায়রে। মদুদবুদি কনানা নুংঙাইগদগেদো।

৩ বা— ইবেম্মখোয়, নখোয় অসিগুম্বসিননি লৈপাক কায়রিবসি। মনুং মতম ওইরগা থবক পুন্নমক পুগদবা লৈরে।

১ বা— ইবেম্মখোয়, খৎনবা অসিনদি চৎনবা পোৎ নত্তে। মী পুন্নমক কুন্নখরে। ঐখোয়দগী শিন্নগদবদি হুইদা মঙায়রে। আরতি হৌরক্লে চৎসিনে। (থোকখিবা)

(চন্দ্রকীর্তি খুৎশন্নদুনা কুমুদিনী চঙলকপা)

কুমুদিনী— অদু মঙায়রে থোক্রবা হায়বা অদু মঙায়রে। নিংথৌনি হায়বা মিংদি মথোকপা অদুগা লৈপাক মমাঙদসু নিংথৌ ওইহল্লি হায়না মচেনবা, নিংথৌ ওইবগী সম্মান্দি ইথম থম্মীদবা। কৈদৌবগে ইচানা অঙাং ওইরবসু ঐহাক লৈরি, লৈপাকী বা পুন্নমক কমদৌনা শীল্লি হায়বদুদদি খঙহল্লুদনা। ঐগী মীগী মমাঙদা অমুক পেন্নবা হায়দুনা নিংথৌ ওইহল্লি হায়য়ে, অদুগা

থবক পুন্নমক্তি শীগ্নিবনিনা নোংমে নোংমগী মাগী প্রতাপতি হেনগৎলক্রে। থবক পুন্নমক্তি মহাত্মা মতৌন্নবনিনা ঐগী মীনা নোংমা নোংমগী ময়েং তারক্রে, মাগী মীনা নোংমে নোংমগী হেনগৎলক্রে। অসিগুম্বা অবস্থা অসিদা ইচা অপিশক অসিনা নিংথৌনি, ঐনা নিংথৌ পোকপীনি হায়দুনা লৈগদবগী শরুকপুদি ঙম্মে মহাকপু হাৎপা, ঙমদ্রে জীব খুবাক্তা হাপ্তুনা কাম্বার তান্না চেম্লগে হায়দুনা, ঙন্নবদি নবীনবু ইবুংঙো নরসিংহ হাৎলু হায়না খুজীল তৌরম্লগা ইচা পুদুনা থোরক্লবা অসিনি, শগোলসু ঙাইহ্নরিনি। লাইং কোয়বা অসিদি মশীং গুম্রেসে অমনি অমনি হায়বা খঙগদবা ঙাহাক্তা মঙায়রে। নেপ্রানা কোনুং চঙবগী ওইরবসু চেনবগী ওইরবসু পাউ পুরক্লগনি। পুক্সীং। নহাক ঙসিদি নিপা অকন্নবদগী হেন্না থৌদবা য়াদে; মাইন্না, নহাক মহারাজ গম্ভীরসিংহগী মনাইনুপীনি অদুগা নচাবু নিংথৌ ওইহনগনি হায়দুনা লাঙইবা নুপীনি। মাদুগী মতীক চাবা নুপী ওইদবা য়াদে।

মিমি— (চঙলক্তুনা) ইবেম্মা শাজেন তৌবীয়ু অমা ওইরবসু, অমা ওইরবসু থোক্কদবা ঙহাক্তা মঙায়রে।

কুমুদিনী— কম তৌহৌরি?

মিমি— কোম্না তমজগে। তাবীয়ু হায়নখিবা মতম অদুমক ওইরে, মীৎ-না শিংবীয়ু।

নেপ্রা— (চেনশিন্দুনা) মাখ্যা ইবেম্মা পনবা য়াদ্রে, থবক ফৎত্রে, লেঙলসি। ননাই নবীন ফাদুনা অঙাং ওলহনখ্রে, ননাও ইবুংঙোসু লেঙজমদা য়াম্না থীনা শোক্রমাম্রে।

কুমুদিনা— অদুদি মিমি নঙ নবুংঙো পো, নেপ্রা নঙ চেন্দুনা শগোল শাবোৎ হাপ্পস্মু। (প্রস্থান)

## ষষ্ঠ দৃশ্য— কক্ষ

নরসিংহ— ওয়োকপনিদা তৌরিবসে, মীনা নীংবনা অমা লাইরা তম্বনা অমা হায়রবদু ওইরে। মণিপুর নিংথৌমচাগী নিংথৌ ওইনীংবগী আশাসি য়ারবদি হন্দক কক্কন্নগে তৌববু য়ারোইদৌরিমাস্রে। ওয়োকপনিদা ঐগী ইতৈমনা ঐবু থাজদবা অসিসু হকমল্লিদা। খজিত্তং খন্দুনা য়েংলবদি ঐবুদি ফনা য়ান্না থাজবা য়াবা পোৎনিকো। নর ঐহাক্কবু নিংথৌ ওইগে হায়রবদি অঙাং অসি হাত্তুনা ওইদ্রবসু য়াম্মুংবু হাত্তুনা ওইবদা ঐবু থিংগদবা কনা লৈরব্বগে। কাল অদুদা লাম্মী পুন্নমক ঐগী ইখাদগীনি। পাঙ্গনবা ইনাও দেবেন্দ্রসু ঐগী ঈঙ্গীত্তা য়েংদুনা লৈরম্নিবনি; মতম অদুদা ঐহাক্কবু নীংলবদি খুবাক খুবদা লৈপাক কায়গদবা নত্ত্রা। অদুগীসু মমাঙদা মণিপুর জয় তৌববু কনাগী মপান্দগীনো, নর ঐগী ইপাম্বোমগী পাঙ্গলতনা জয় তৌখিবা মণিপুর নত্ত্রা? মতম অদুমক্তন্দবু ঐহাক্কা নিংথৌ ওইগে হায়রবদি লাল লোইবা নুমিৎ অদুমক্তদা হেক ওইবা য়াবা পোৎনি। অসুক যাম্বা খুদোংচাবা অসি থাদোক্তুনা ঐনা নীংবসিদা থুংগে হায়দুনা সেনাপতিদা ওইদুনা লাক্লবা নর ঐনবু অহল ওইরবা কালসিদা অঙাং পাঙ্গল লৈতবগী মখুত্তগী মুন্দুনা নিংথৌ ওইরুখিগদবোইকো। অসিবু অমুক্তং খন্দুনা য়েংলম্নবদি ইতৈমদো চেন্দবনা চুম্বনিকো। ওম্মবদি নীংথিনা নিংথৌ অমুক হাপকে হায়রবু তাম্নবা ফংদ্রে হায়বা পাউ লাক্তে। ময়াং তাম্রবদি ফাবসু ওম্মরোই। লাকউ হায়বসু ইতৈমনা য়ান্না কিরগনি। খঙদ্রেদকো হা গোবিন্দ, ঐবু নিংথৌ ওইবদা তাগদৌরিবরা?

(প্রতাপ চঞ্চলকপা)

প্রতাপ— ননাই ঐহাক কালা নাগা য়ৌজকরে, থানা, থানাগী সর্দারসু য়াওখ্রমাস্রে।

অদুগা চেনম্রিবা অদুদা মকোক ওইম্রিবাদ নেপ্পানি হায়।

নর— ঐগী ইবুংঙোগী মচাদি থোইদোকপা শোয়খি লাকখিবদি তৌদেদনা।

প্রতাপ— অজ্ঞা, করি থোইদোকপা তৌখিদে হায়।

নর— ফরে, লৈপাক খরা ঈংলগা কৌবা হায়বদুমত্তাইরে।

প্রতাপ— ওসি লোঙখংলনা ফগাদয়াম্রে।

নর— কদায়দা?

প্রতাপ— সিংহাসন্দা।

নর— ইতৈমা মহারাণীসে য়াম্মেদা।

(দেবেন্দ্র চণ্ডলকপা)

দেবেন্দ্র—য়াম্বুংগী অভিষেক অসিবু ওসিনা মফরে হায়রি চাইথনবা তৌরসি।

নর— পাঞ্জি য়েংলরা?

দেবেন্দ্র—অজ্ঞা।

নর— ইয়াম্বদি, ইবুংঙো নিংথৌ ওইবা হায়বদু কিজখরে। ইয়াম্বদি সেনাপতি অসুম্মক ওইজগে নহাক নিংথৌ ওইয়ু।

দেবেন্দ্র—করিনো অজ্ঞা, ননাই দেবেন্দ্রগী পাম্মোম তেক্তি ননাইগী প্রাণ লৈরিঙেদা য়াম্বুং শোক্কদবা মী পোক্তেনা। অসি পূন্নমক্কী মথক্তা নজা ইবুংঙো ভুবন-সিংহনচিংবাময়াম লৈরি ননাইনা পোকচবা কয়া লৈ। অসি য়ৌনা কনবা শাগৈদা নিংথৌ ওইববু চিংনবীরিবা করিগীনো?

নর— ইনাওতোন, ইয়াম্বনা কিজে হায়বদি তুকচৈ হায়বনি। নরসিংহগী ঈদা তোংদা, নরসিংহগী সরুদা, ইম্রিদা অমসুং কায়াৎ পূন্নমক্তা অকিবা হায়বদুগী মচাক য়াওরক্রবনি। ইবুংঙো নহাক কাউরবরা ইয়াম্বনা চহী তরাতরুক শুবদা মধুরণগী পাঙল ৫০ গা যুন্নবদো; নহাক কাউরব্রা বরাক্রা পারবা কালদা নখোয় পূন্নমক্রা ওমদ্রবদা ঐনা ঈরোইদুনা নুপী লুপ্রাবীগী পোৎ কনবীদুনা কাছাড় লৈপাক্কী মীয়াম্না ঐবু শোনখিবদো; নও কাউরব্রা কাছাড়গী মহামারী কালদা নর ইথক্তনা অহিং নুংথিল চুপ্না মী ১৫ পোৎলোয়বদো; নহাক কাউরব্রা নরসিংহনা শগোল মথক্তা

থাঙ অমতং পায়রগা টিলাইন মতোন্দগী অবা তানথায়বদো। থাঙ অমতং পায়দুনা মণিপুর কোয়বদা বম তোপ মরক্তা চোংশিন্দুনা অবা তেঙ্গোল অচৌবা থুগায়রগা য়াম্বুং গম্ভীরসিংহবু মেন তোংহনখিবা নরসিংহগী পাম্বোম হুজিক ফাওবা চোকথদ্রি হায়বা নহাক কাউরব্রা অদুগা—

কুমুদ— (কন্না চঙলক্তুনা) বা পূন্নমক তাজরে; ঙসি অভিষেক তৌদবা য়াদে।

নর— কুমুদ, করিননো নহাক্না কন্না হায়রিবসিদে।

কুমুদ— করিনো স্নাখ্যানা নিংথৌ ওইবীরোই হ্যয়রিবদে।

নর— নিংথৌ ওইনীংবনা জীব লক্কা লক্কাগী থবায় মাঙবদু কুমুদ ঐহাক পামদেনে। হন্দক অবানা অদুয়ৌনা থীনা মৈতৈ হাৎখ্রিবদু কনাগী দোষনো নিংথৌমচা ঐখোয়গী দোষ নৎত্রা? ইশা ইথক্তগী নুংঙাইনবা য়েংবদা প্রজাগী য়েংদদুনা তৌবদগী থোকপা ঙাক্তা নৎত্রা? মরম অদুনা ঐনা তূক্কচবগুম্না নিংথৌমচা পূন্নমক নিংথৌ ওইবসি তূক্কচহনগে তৌবনি।

কুমুদ— অমরোমদা য়েংলিঙৈদা অমরোমদা হোগদৌরে, নিংথৌ পান্দনা মীকুপ অমত্তা লৈহৈদে হায়বা মণিপুরনি। অমহিকসু নিংথৌ লৈত্রে হায়রবদি ইবুংঙোনা তূক্কচৈ হায়বা থবক অদু থোক্রবনি।

নর— খঙদ্রেনে তৌরিবসি। (প্রস্থান)

# সপ্তম দৃশ্য— চীংখোঙ

(কুমুদিনী, নেপ্রা থাঙ্গাল, চন্দ্রকির্ত্তি চঙলকপা)

মিমি— স্নাখ্যা ইবেম্মা, মসিদা মণিপুর তমগী ঙমখৈ লোইরে। হন্জিক্তগী চীং কাবা তারে। যুগোৎ চাররোই হায়দুনা শগোলসু থাদোক্লম্নে।

কুমুদিনী—

[ঈশৈ]

মৈতৈ ইমা লৈময়োন ননাইবু বিদায় পীনবীরো।
নশাইগোন্দগী চৎচবা তারে কাউবীগনু
নচাগী লাইবক লৈতবনা সেবা মতোল লোম্নমদ্রে
নুংশিরবী ইমা ৱাখরেদা, শ্রীগোবিন্দগী থৌগঞ্জবা
অমুক্তদি পীনবীয়ু ইমা।
পিক্লিবা ইচাবু পুদুনা করম্না মীরৈপাক্তা চৎসিগে
কনাদা চঙলুসিগে নোংদম্বা,
অমুক্তদি নোংদম্বীয়ু ইমা ইচা পাঞ্জরবা।

লোল— হা গোবিন্দ ইবুংঙো! ননাইনা তৌরিবসি ইবুংঙো নঙগীদমক্তনি। ইচাবু অমুক্তা মণিপুরগী নিংথৌ ওইহনবিয়ু স্নাগী মন্দির কচ্চগে। ইবুংঙো শ্রীগোবিন্দগী চরণদা খুরুম্মু।

নেপ্রা— আঃ থল্লুবদা প্রাণ অসি পুবা য়াখিদ্রেদকো। লৈপাক্কী মবেম্মা ওইদুনা ফিঙৌ মথক্তা লেঙবমকপু নাগদবোই নীংবা ইবেম্মগী তনৌ তনৌক্না চরণদা চীংগী নুঙ্গায় মরক্তা লেঙববু ঐনা করম তৌনা য়েংলসিগে। স্নাগী মোল্! মোক্তেক মথক্তা চেপ্লক্লবা স্নাখ্যা ইবেম্মগা মচা ইবুংঙোগা

অনীনা উনা খাংপোক মখাদা নাপী শীংনাংনা থাবা ফমুংদা চেপ্পবু ইমীং অসিনা উগদৌরেদকো। স্নাখ্যা ইবুংঙো। স্নাখ্যা ইবুংঙোদি উবীরিনিকো মচা ইবুংঙোনচিংবা ননাই ঐখোয়গী দশা অসি। স্নাখ্যা ইবেম্মা, লেঙলসি ইপু ইনাই ঐখোয়গী কাছাড় তাগ্রিবা ফাওবা পোখাফম লৈতে। (ময়াম থোকখিবা)

## .অষ্টম দৃশ্য— দরবার

[নিংথৌ মহারাণীগী অভিষেক]

খুম্বোং— মণিপুরেশ্বর মহারাজ ইবুংঙো ঙসি হায়বা নুমিৎ অসিদগী ইবুংঙো নহাকপু মণিপুরগী নিংথৌনি হায়না পুক্নীং শেপ্তনা য়াজরবনি। রাজ্যগী ভার ননাই ঐঙোন্দা পীবীরিবা অসি পুক্নীং হকচাং য়াওনা মীচঙ মীখায় নাইদনা অমসুং যাদবা মতাং থোক্লগা প্রাণমক পীদুনা পালন তৌজগনি। মতম লৈবা খিবীক্তা রাজব্যবহার কায়জরোই। শ্রীযুৎকী প্রজাগী নুংঙাইনবা হোৎনবদা ঐগী উদ্দেশ্য ওইজগনি। ননাই ঐহাক্না হায়জরিবা অসিগী সাক্ষীদি শ্রীগোবিন্দনা ওইবীনি।

কুমুদ— মণিপুরেশ্বর মহারাজ ইবুংঙো ঙসি হায়বা নুমিৎ অসিদগী ইবুংঙো নহাকপু মণিপুরগী নিংথৌনি হায়বা পুক্নীং শেপ্তনা য়াজবি। ননাই ঐঙোন্দা শিন্নবীবা থবক পুন্নমক শোয়দনবা হোৎনজগনি। মতম লৈবা খিবীক্তা রাজব্যবহার কায়জরোই। মসিগী সাক্ষীদি শ্রীগোবিন্দনা ওইবীগনি।

নরসিংহ— ইনাওতোন সেনাপতিনচিংবা লৈপাকপুবা অঙম্বা অমসুং ঐগী চীংদা, তমদা লৈবা প্রজাশিং নখোয় পুন্নমক্না নর ঐনা নিংথৌ ওইনীংদে হায়বা খঙব্রেদো। ঐনা নিংথৌ ওইনীংদে হায়বসি কিদুনা অমসুং সিংহাসন অসিবু তৃক্কচদুনা তৌবা নত্তে। নিংথৌ মচা ঐখোয়না নিংথৌ ওইনীংঙগা প্রজাশিং

খুঙ্গোং মাঙ্গোংই, অদুগা অয়াম্বনা মতম চাদনা শি। অসুম তৌরবদি মীচঙ কনবনা হেক মচাউরে। অদুগা পাল্লিবা নিংথৌ অদুসু প্রজাগী দেশকী চাওখৎনবদি হোৎনদ্রদুর্না অহিংগী লাল ঙাক্লবদা লেপ্রে। মরম অদুনা প্রজাগী শক্তিনা কদায়নো নিংথৌগী শক্তিনা কদায়নো হায়না খায়দ্রে। মদু খায়রবতদা প্রজাগা নিংথৌগা অমত্তা ওইদুনা দেশকী চাওখৎনবা হোৎনবা ঙম্লিবনি। অসি খন্দুনা অপানবা অমত্তা মপানহনগে নিংথৌ মচা পুন্নমকপু ভাব অসি পীগে তৌবনি। অদুবু মীনা নীংবনা অমা লাইনা তম্বনা অমা হায়বদু তারে ঐনা ঙসি মখৈ মণিপুরগী নিংথৌ ওইরে। হুজিক্তি বা খরা হায়গে তাও, মণিপুরদা পোকইবা জীবনা নর ঐগী পাম্বোমগী পাঙ্গল খঙখ্রেদো। নবসিংহ মতৌ করম্না টিলাইন্দা অৱা থুগাইরকপা মতৌ কবম্না অৱাগী মখুত্তগী মণিপুব উদ্ধাব তৌবা অমসুং মতৌ করম্না যাম্মুংনা পাল্লিঙৈদা মণিপুরদা হৌরকপা লান কয়া মরক্তা নমথেকখিবা। থৌদোক পুন্নমক অদুদা থাঙ পায়খিবা নরসিংহগী পাম্বোম হুজিক ফাওবা চোকথদরি। মরম অদুনা অঙম অথৌনচিংবা নুংশিরবা প্রজা পুন্নমক, কনাগুম্বা রাজভক্তি কায়রক্তুনা লৈপাক মরাং হৌহল্লগা অমসুং রাজসিং হাসন্দা হুরান লমচৎ চৎলক্লবা অদুগুম্বা প্রজাশিং অদুবু মতীকচাবা দণ্ডি পীবদা নরসিংহগী পুকচেল অসি যোৎকা মান্নগনি মদুমা খঙউ। অদুগা অঙম্বশিংদা হায়রি, নখোয় পুন্নমক প্রজাবু লুনা তৌগদবনি। ঐহাক্তদি প্রজাগা অয়ুক্কী, নুমিদাংগী তোৎনবদি ঙমদেদো, মাদু তৌরিবদি নখোয়নি। মরম অদুনা প্রজাবু নুংঙাইহনগে নুংঙাইহল্লোই হায়বা নখোয়দা লৈরে। নখোয়না রাজভক্ত প্রজাবু ওৎলি হায়বা তাবদা নখোয়বু শাস্ত্রনা লাউবা দণ্ডিদগী ফিভম অমত্তা হন্থনা পীরোইদবনি অদুবু নুংশিরবা প্রজা পুন্নমক লৈপাক্কী থবক পুবা ফম অচৌবা হাপ্লা কান্দা কুচু কুমেন শাগে নাতে অচৌ অশাং মচা খন্দুনা হাপ্লোই মশা মশাদা য়েংলগা মত্তীকচাবা মীদু খন্দুনা হাপকনি। নিংথৌমচা লৈম-শীজ মচা, লৈম-শীজ মৱা অমসুং অঙম অথৌ মচানি থবক অচৌবা তৌগে হায়বগী প্রার্থনা অদ ঐ করি অমত্তা




তারোই। ঐগী ইচা হেমাগী মতে প্রতাপ মখানা মতীক চাউরবদি কম অচৌবা হাউরাই। মতীকপু চাউরবদি হারম নোংপোক হারম খায়দনা চীংদা তমদা লৈবা যাগনি; মসি হায় হায়দুনা অপাদ্ম অপিন মচা লৈম-শীজ মচা মবানচিংবা নখোয় পুন্নমক শাউবা তৌগনু। অসাইনা হায়প্রে, ফম্নাইবগী মথক্তা প্রজাগী নুংঙাইবা নুংঙাইতবা নির্ভর তৌই অদুগা নখোয়নবু মতীক চারবদি শরেং খোংবেদা থাউ থাকপা হায়বদুদি, য়াম্না ফৈ। ঐহাকসু ইচা নিপা অহন ভুবন সিংহদগীনা তোল্লবা প্রজা ফাওবসি নিংথৌ ওইনা য়েংলবদি চপ মান্ননা য়েংগনি। প্রজাশিংগী মাগী মাগী মতীকচাবা ব্যবহার উৎপদা করিসু চিংনবা তৌরোই। লৈপাক নিংথৌ নুংঙাইহনবা, চাকহোং ঙাহোংনবা ঐখোয় মন্নাম তিন্নদুনা হোৎলসি। অতোপ্পা বা অমনা ঐগী নুংশিরবা চীংগী প্রজাশিংবু ইখুৎমক্তা হাকথেং ননা শাসন তৌজনি; ঐগী তমগী প্রজানা তৌবিয়ু হায়বা য়াদবা থবক্তা মখোয়না তৌবীরি। মহাত্মা বভ্রুবাহনদগী হৃজিক ফাওবা তৎনরক্লিবা জাৎনি মখোয় অসি। মখোয়গা ঐখোয়গসি অমত্তনি কায়নবা অমসুং তৎনবা য়াবা পোৎ নত্তে। মখোয়গী ভার ঐগী ইশামক্তা লৌরে। মখোয় অসিবু লুনা তৌদুনা মখোয়গী চাওখৎনবা ঐনা হোৎনজগে।

বিনোদ— অচৌবা অপীকপা নাইরোই হায়না স্না য়াথং তাকপীবা অসিবু সমাজগী মরম য়াওবীরিব্রা?

নর— ঐনা হায়রিবা অসি রাজনীতিগী মরমদা হায়বনি। সমাজদা অচৌবা-লক্তগী সম্মানদি লৈগনি।

(রাজগুরু লুহুপ অমা পায়দুনা চঙলকপা)

রাজগুরু— মণিপুরেশ্বর মহারাজ ঙসিদগী হৌনা লৈপাক মরা তম্না লৈপাক শাসন তৌবীয়ু।

ওঁ শান্তিঃ ওঁ শান্তিঃ ওঁ শান্তিঃ



# পোক্লফম পব্লিকেসন্সনা ফোঙলবা লাইরিকশিং

১। কনানা হায়জিল্লিবনো (১বা অমসুং ২শুবা শরুক) (১৯৮৩-৮৪)

২। তান্না (১৯৮৯)

৩। নরসিংহ (১৯৯৩)

৪। ডাঃ কমলগী খোমজিনবা লাইরিক (১৯৯৩)

৫। হাজীল্লকপা ঈশিংগী মনাক্তা (১৯৯৪)

৬। **The Waves** (1995)

৭। খোংচোমনুপী নোংকারোল (১৯৯৫)

৮। পোইরৈতোন খুন্থোক (১৯৯৫)

৯। গম্ভীরসিংহ নোংগাব (১৯৯৬)

১০। জুলিয়স সিজর (১৯৯৮)

১১। নুমিত্তি অসুম থেঙজীল্লক্রি (২শুবা খূৎনম) (১৯৯৯)
(সাহিত্য একাদমী এৱার্দ ফংখ্রবা)

১২। মণিপুরী কলচরদা মীৎয়েং অমা (২০০০)

১৩। মণিপুরগী শেন-থুম অমসুং চাওখৎ থৌরাংগী ৱাখল্লোন খরা (২০০০) (বেষ্ট বুক এৱার্দ ফংখ্রবা)

১৪। য়ূমলিংদবশিংগী য়ূম (২০০১)
(যামিনী সুন্দর গুহ গোল্ড মেদল ফংখ্রবা)

১৫। নুংশিবী গ্রীস (২০০২) (বেষ্ট বুক এৱার্দ ফংখ্রবা)

১৬। ভুরোই ঙাল্লোইবা ৱাগী লানবন (২০০২)

১৭। নুমিৎনা তরং তরং থোরকপদা (২০০৩)